অফোংবা : অইবা মশা

কোপি : ১৫০০

স্বত্ত পুস্তক অইবগীনি

ফোংবা : আগষ্ট ১৯৯২

মমল : লুপা ২৫/-

ফংফম : ইম্ফালগী লাইরিক য়োনব দুকানশিং

নম্ফম : পদ্মা প্রিন্টরস, পাওনা বজার, ইম্ফাল।

# ৱাহৌদোক

হিৱম খরদা মৈতৈনা ভারতকী অতৈ কাংলুপশিংদগী হৌজিক হল্লকহন্না লৈরি। মৈতৈনা ভারতকী চাওখৎ লনজেলদা থরা তপথ-হৌরিবগী অচৌবা মরম অমদি হৌখিবা চহী কয়াদা দিল্লিদা শক্তি পায়খিবা নিংতম্বা ভারতকী লুচিংবশিংনা মৈতৈবু নমথনবা পোলিসি অমা থমখিবদগীনি। নিংতম্বা ভারতকী অহানবা প্রাইম মিনিষ্টর জৱাহরলাল নেহরুনা মণিপুর অসি মাগী মতমদা মপুং ফাবা ষ্টেট ওইহনলম্লবদি ঙসিগী মণিপুরগী রাজনিতি অমদি সমাজগী দৃষ্য অসি য়াম্না হোংলমগনি। মণিপুরদা থবক ফংদবা অমদি লায়রবদগী নহারোলশিংনা খুৎলায় পায়খিবা অতু নেহরুনা মতম শাংনা মণি-পুরবু হল্লবা রাজনিতিগী থাক্তা থমখিবদগী অয়াম্বা থোকখিবনি। কাশ্মীরদা নেহরুনা পিখিবা রাজনিতিগী থাক অসি ভারতনা হেক নিংতম্লগা মণিপুরদা পিবা থোকলম্লবদি মণিপুর ভারতকী খ্বাইদগী মাংজিন থাবা ষ্টেট অমা ওসি ওইবা ঙম্রমগনি। নেহরুগী মতমদগী হৌনা রাজিব গান্ধিগী মতম ফাওবা হিন্দু মৈতৈ নমথনবা ভারত সরকারগী কলচরগী লুচিংবশিংনা হোংনখি। মৈতৈশিং অসি শান্তিদাস গোস্বামিনা ইনশিন্দুনা গরিবনিৱাজ মহারাজগী মতমদা নমহ্নুনা হিন্দু ওলহনখিবনি হায়বা অরানবা শেমজিন শাজিনবা ৱারি মথোয়না শন্দোকখি। তশেংবদি মৈতৈনা খাংতপ্পা ১৮ শুবা শতাব্দিদা গরিবনিৱাজগী মতমদা হিন্দু ধর্ম্ম লৌখিবা নত্তে।

মৈতৈনা হিন্দু ধর্ম্মা লৌখিবা অসি ৭ শুবা শতাব্দিগী মমাংংনি। মতম অতুদা মৈতৈশিং অসি অরাকান অমদি বাঙ্গলাদেশতা লৈ-রম্মী। ভারত সরকারগী অবোনবা অমদি অফোংবা পোলিসি কয়ানা হৌখিবা মতমদা মৈতৈবু নমথপ্রবম্বু তৌভিক্কি মৈতৈশিং অসি নমথবা য়াংগনোই। মশাগী অরাংবা কলচর অমদি শিংথাবা য়াবা ইতিহাস লৈজবা মৈতৈ হায়বা জাতি অসিগী মীওইশিংনা লাক্লিবা চহী থরা অসিদা হিরম কয়াদা ভারতকী লূচিংবা ওইরক-পা য়াবগী ওইথোকপ. লৈরে। 'দিল্লিদা পানগনি ঐখোয়' হায়বা লাইরিক অসিদা মৈতৈনা শোক ২০০০ গী মমাং অমদি মতুংদা ভারতকী রাজনিতিদা, কারবারদা, সাইন্সতা, সাহিত্যদা, আর্টসতা অমদি ইন্ডস্ট্রিদা লৌরক্কদৌরিবা থৌদাংশিংগী মতাংদা থরদং নৈনজরি।

ডঃ তোম্বা
তাং ১।৮।৯২ ইং।

# য়াওফম তাকপা





# দিল্লিদা পানগনি ঐখোয়

মৈতৈ হায়বা জাতি অসিদা ঐনা য়াম্না থাজরবগী মরম য়াম্না লৈ। চহী চা কয়াগী মমাংদগী ভারতকী অমদি খা এশিয়াগী ইতিহাসকী য়াওন কয়াদা থোদাং লৌহুনা লাক্লিবা মৈতৈনি। জাতি অসিগী কলচর, ধর্ম্মা অমদি সাহিত্যদসু জাতি অসিগী তোপ তোপ্না মওংশিং উবা ফংই। খা এশিয়া অমদি খা নোংপোক এশিয়াগী তাইনকমদা লৈবা মণিপুরগী তম্পাকী লমদা মপুং ওইনা খুন্নারিবা, ভারতা শিংথানিঙাই ওইবা রাজনিতি অমদি কলচরগী ইতিহাস লৈজবা, মৈতৈ হায়বা জাতি অসি ২১ শুবা শতাব্দিদা ভারতদা নত্তনা এশিয়া মহাদেশকী ওইনা খবক কয়াদা লুচিংবা ওইরকনি হায়বসি ঐতোন্দদি য়াম্না থাজই। কনাগুম্বনা মৈতৈগী হৌখিবা চহী চা খরগী রাজনিতিগী ইতিহাস নৈনরবদি লাকপৌরি-বা মতমদা ভারতা মৈতৈনা ওইরকপোবা মওংশিং অমু থরম্থেদি হায়বা ঙমগনি। মৈতৈনা ১৮২৫ দা অরা মাইথিবা পিখি। মৈতৈ নিংথৌ গম্ভিরসিংহনা ব্রিটিশকী মতেং লৌরগা অরাগী নিংথৌ মাইথিবা পিখিবনি। গম্ভির সিংহ লংথবালদা পাল্লবা হিন্দু নিং-থৌনি। গম্ভির সিংহ মহারাজনা মণিপুরদগী অরা তকথোক্লবা হোৎনবদা অসাম অমদি ত্রিপুরাগী হিন্দু নিংথৌশিংগী মতেংসু ফংখি। ১৮২৫ গী মৈতৈগা অরাগা শোক্নখিবা লাল অমু মতম অমুগী অরাং নোংপোককী হিন্দু লৈবাকশিং হায়বদি মণিপুর, অসাম

অমদি ত্রিপুরাগী মরক্তা হেয়া মুংশিনবা পুরকখিবা থৌদোক অমনি। অমসুং লাল অহু তশেংনা হায়রবদি মৈতৈগী হিন্দু লাম্মীশিংনা হিন্দুগী সভ্যতা খা নোংপোক এশিয়াগী মশাইগোন্দা নৌহৌনা শন্দোকখিবা য়াম্না মরুওইবা ইতিহাসকী থৌদোক অমনি হায়না লৌবসু য়াই। মসিগা গ্রীসকী আলেকজান্দরনা ভারতকী সিন্ধু তুরেলগী তম্পাক লোয়চন্দুনা ইউরোপকী সভ্যতা শন্দোকখিবা অহুগা চাংদম্নরগা য়েংবদা মান্নবা খরা লৈ।

বর্মাগী নিংথি তুরেল ছোর্ব্বান্দা থাংশাংনা অরাগী লাম্মী হাৎপদা মথুৎ চোকথরবা মহারাজ গম্ভিরসিংহ অমদি মৈতৈ হিন্দু লাম্মীশিংনা 'গোবিন্দনা জয় ওইরে' হায়তুনা লাওখিবা খোল্লাও-শিং অহু ঙসিসু নিংথিখোংবান্দা তাবা ফংগদবা মাল্লি। "গোবিন্দনা জয় ওইরে" হায়বা মৈতৈ লাম্মীশিংগী লানগী খোল্লাওনা কবো তম্পাক্কী অভিয়া পুংনিল নিনখিবা মতমদা অরালান্দা য়াওখিবা ব্রিটিশকী ওফিসারশিংনা খল্লমগদবা রাখলশিংগী মসুংদা 'সিন্ধু তুরেলদগী নিংথি তুরেল ফাওবদা শন্দোকলিবা হিন্দুগী লমশিং অসি পুল্লরুবদি মালেমদা অচৌবা শক্তি লৈবা লৈবাক অমা ওইগনি' হায়বসি অমা ওইরম্বা য়াই। তশেংনা হায়রবদি কবো তম্পাক্কী নিংথি তুরেল খোংবান্দা মথাই থাখিবা হিন্দু মৈতৈ অথৌবশিং অহু ইরৈবাক মণিপুর কন্নবদা নত্তনা ভারতকী সভ্যতা হায়বদি হিন্দু সভ্যতা কন্নবা মথাই পিখিবনি হায়না লৌবসু য়াই।

মরম অসিনা লান অহুদা য়াওখিবা গম্ভিরসিংহ মহারাজ অমদি কবো তম্পাক্তা মথাই থাদোকখিবা মৈতৈ ইপা ইপুশিং অহু ঙসিগী ভারতকী মপা মপুশিংনি হায়বদা লাল্লোই। মখোয়শিং অহু গান্ধি, নেহরু অমদি নেতাজিদগী হেন্না ঙসিগী ভারত অসি ওইররু-বগীদমক কৎথোকপ্রবা মীওইশিংনি হায়না লৌবসু য়াই। গান্ধিবু

ভারত জাতিগী মপানি হায়বগী মহুত্তা গম্ভিরসিংহ মহারাজ, শিবাজি, রানা প্রতাপ সিংহ, চন্দ্রগুপ্ত মৌর্জনচিংবশিং অসি ভারত জাতিগী ইপা ইপুশিংনি হায়বদা হেন্না অর্থ লৈগনি খল্লি। গম্ভিরসিংহ মহা-রাজনা খা নোংপোক এশিয়াগা খা এশিয়াগা তায়নবা মফমদা হিন্দুশিংগী ফিরাল ব্রাংনা পাইহনখিবা অসি মরাথিশিংগী লুচিংবা শিবাজিনা মোগোল নিংথৌগী মায়োক্তা হিন্দুশিংগী ইজ্জৎ কনখিবা অচুদগী তাবা নত্তে। ভারতকীদমক শিবাজি, রানা প্রতাপশিং গম্ভিরসিংহ মহারাজনচিংবা অথৌবশিংনা কংথোকখিবশিং অহুনা গান্ধি, নেহরু, নেতাজি, সরদার পটেলনচিংবনা ভারতকীদমক কংথোকখিবদগী যায়না হেল্লি হায়বসি ইতিহাসনা উৎচরবনি। তশেংনা হায়রবদি ভসিগী ভারত অসি খা এশিয়াগী লমিং ভুম্মিংকা চাননা হিন্দু ধর্মনা মপুং ওইনা ওইহল্লকপনি। চহী লিশিং খরা খা এশিয়াগী হিন্দু লুচিংবশিংনা মপুং ওইনা হোংন-রকপদগী ভসিগী ভারত অসি ওইরকলিবনি। অবাং নোংপোক্কী হিন্দুশিংনা চহী চা কয়া হোংনহুনা অবাং নোংপোক কল্লমদ্রদি লমদম অসি বঙ্গলাদেশকী লম ওইরমগনি।

থৌনা লৈবা লৌশিং লৈবা খা এশিয়াগী ইতিহাসতা অংচৌবা থৌদাং লৌখ্রবা গম্ভিরসিংহ মহারাজগুম্বা নিংথৌ কয়ানা পাননম্বা। মণিপুরগী মৈতৈশিংনা ভসিগী ভারততা করিগী লুচিংবা ওইবা ঙম-লোইদৌরিবনো? মসি হংবা যাবা ৱাহংনি। গম্ভিরসিংহ মহা-রাজগী মমাংদা হংগৎনা মৈতৈগী ইতিহাস অসি নৈনহুনা অমুকম্থু য়েংশি। অরিবা বিষ্ণুগী লাইশং লৈরিবা বিষ্ণুপুরদা ইহান হায়া ১৫ শুবা শতাব্দিদা পান্দুনা হিন্দু মৈতৈশিংগী লৈবাক খা এশিয়াগী নোংপোক থংবা চিদায়দা ইহান হায়া শেমগৎলম্বা মহারাজ কিয়াম্বনা থেংনরমগদবা খুদোংথিবশিং অহু এশিয়া মহাদেশকী নোংচুপ থংবা চিদায়দা জেরুসলেম ইহান হায়া শেমগৎখিবা জিউশিংগী লুচিংব-

শিংনা থাইনা থেংনখিবা খুদোংখিবশিং অতৈদগী তারোই। ডিউশিংনা ইজরেল কংখিবগুম্না নিংথৌ কিয়াম্বাগী লুচিং মথাদা মৈতৈ হিন্দু ইপা ইপু কয়ানা থরাই পিন্নুনা হোৎনরম্বদগী মৈতৈশিংনা সুর্মা তম্পাকুগী লাকলগা মণিপুরগী মপু ওইবা ওমখিবনি হায়বসি ইতিহাস নৈনবা কাংবুনা থংবা ওমগনি। মণিপুরগী ইতিহাস ইবা মীওই থরনা অসাম অমদি বাঙ্গলাদেশতা চহী তরেৎ খুম্ভাকপগী মমাংদা মৈতৈ খুন্দারমদে হায়না মোৎ পিনরিবা অসি অরানবা ওইগনি। চহী তরেৎ খুম্ভাকপদি ১৮১৯-১৮২৫ দা থোকখিবনি কুইত্রি। মৈতৈনা বাঙ্গলাদেশকী লমশিংদা লৈরকপদি ১০ শুবা শতাব্দিগী মমাংদগীনি হায়বসি থাজনিঙাই ওই। ১০শুবা শতাব্দীগী মমাংদা মৈতৈনা অরাকান অমদি বাঙ্গলাদেশকী সমুদ্র থোংবান্দা মতম শাংনা খুন্দারম্মী হায়বসি মৈতৈ কলচরগী ইতিহাস নৈনবদগী থংবা ওমলে। মৈতৈগা অরাকানিজশিংগা লোন্দা মায়াম্বা লোয়নবা মৈতৈরোলদা পার্সিয়ান অমদি আরাবী লোলগী রাহৈ য়াম্না থৈথরগা য়াওবা থেংনবা অসিদগী ৭ শুবা শতাব্দিদা পার্সিয়া অমদি আরব লৈবাকশিংদগী মুস্লিম ললোনবশিংনা ঈশিংগী লম্বীদা লাক্লগা অরাকান্দা অহানবা ওইনা খুন্দারকপা মতমদা মৈতৈশিং অসি অরাকান্দা লৈরম্মী হায়বা তাকপি। অমনা মৈতৈশিং অসিনা হিন্দু ধর্মা লৌখিবা অসি অরাকান্দা লৈরিঙৈ হায়বদি ৭ শুবা শতাব্দিগী মমাংদা লৌরম্বা য়াই, মরমদি ৭ শুবা শতাব্দিগী মমাংদা অরাকান্দা রামান্দি ধর্মা চৎলে।

মণিপুরগী কোয়ুং বিষ্ণুপুরদগী লংথবালদা হায়বদি কাঞ্চিপুরদা হোংলক্লবা মতুংদা ১৮শুবা শতাব্দিদা পাল্লম্বা ভৈগ্যচন্দ্র মহারাজনা গোবিন্দগী মূর্ত্তি লিংখৎখি। লোয়ননা মহাক্না হৌদোকলম্বা অমম্বুং লংথবাল কোয়ুংদা ইহান হাম্না পাংথোকখিবা রাধা কৃষ্ণগী রাস

লিলাগা মরি লৈনবা জগোই ওসি পৃথিবী শিনথুংনা ফাওরি অমসুং ভারতকী ক্লাসিকেল জগোই মরিগী মরুংদা খুইদগী ফজবা ওইরি। রাধা কৃষ্ণগী রাস লিলাদা যুন্থম ওইবা মণিপুরি দান্স অমেরিকাদা, ইউরোপতা অমদি জপান্দা য়ান্না পায়ে।

মণিপুরগী ইতিগাসতা হিন্দু ধর্ম্মনা লৌথিবা থৌদাং অসি য়ান্না মমল য়াম্মি হাইবদা লাল্লোই। ১৮৯১ দা ব্রিটিশকা মৈতৈগা শোক্নবা খোংজোম লান্দা শিথিবা অথৌবা পাওনা ব্রজবাসি, নহা লাম্বী চিংলেনসনা অমদি মৈতৈ লাম্নীশিং অহু হিন্দু ভাকুনি। মথোয়না খোংজোমগী লানফমদা গোবিন্দগী মমিং শোন্দুনা মথাই পিবা ওনথ্রিবসি হিন্দু ধর্ম্মাগী অচৌবা দাননি হায়নিংই। ব্রিটিশনা ফাঁসি তৌদুনা হাৎখিবা অথৌবা যুবরাজ টিকেন্দ্রজিৎ হিন্দুনি।

১৮৯১ দগী মণিপুর অসি িংতমদ্রে। চহী অসিদগী ১৯৪৭ ফাওবা মণিপুর ব্রিটিশ ইন্দিয়াগী শরুক অমা ওইখি। সাসনগী মতাংদা মণিপুর অসি শোক ১৮৯১ দগী হৌনা ব্রিটিশকী মথাদা লৈবা ভারতকী শরুক অমা ওইরে। ১৮৯১ দগী হৌনা মণিপুর ভারতকী ষ্টেট অমা ওইখিবদগী মণিপুরগী প্রজাশিংগা ভারতকী অতৈ প্রজাশিংগা নকশিন্নবা হেনগৎলকখি। মৈতৈ অয়াম্বা হিন্দু ওইবা অমদি মৈতৈশিংনা গনতন্ত্রদা হেন্না থাজরকপদগী ব্রিটিশনা ভারত থাদোক্লমদাইদা মণিপুব ভোণ্ডাম্না লৈহন্নবা শিন্নম্নবসু হিন্দুনা মেজোরিটি ওইবা ভারত্তা য়াওননবা মণিপুরগী প্রজাশিংগী মরক্তা অকনবা ইহৌ অমা লাকখি।

ব্রিটিশনা ভারত থাদোক্লমদাইদা "মণিপুর ভারত্তা তিল্লোয়-দবনি" হায়না মৈতৈ মচা অমত্তনা লাওখিদে। মণিপুরগী মহারাজ, মতম অহুগী মণিপুরগী রাজনিতি দলশিংগী লুচিংবশিং অমদি প্রজা-শিং পুন্নমক্না নিংতম্বা ভারত্তা য়াওবা পামখি হারবসি ইতিহাসনা

শাখিনি। মর্জর এগ্রিমেন্ট মণিপুরগী মহারাজপা ভারত সরকারগী মীহুৎকা সহি ভৌনখিবা ফুৰিৎ হায়বদি ১৯৪৯ ওক্তবর ১৫ অসি মণিপুরনা ভারত্তা তিনবা ফুমিৎনি হায়না মীওই খরনা লৌনরিবসি লাল্লি। মরমদি ভারতনা নিংতমগদবা মতম খরা বাৎলিৱঙদা মণিপুর নিংতম্বা ভারত্তা য়াওগনি হায়না মণিপুরগী মহারাজনা সহি তৌহন্না অয়াবা ভারতকী গভর্নর জেনরেলদা পিল্লবনি। মরম অসিনা আইনগী মতুংইন্না ভারতনা নিংতম্বা ফুমিৎ হায়বদি ১৯৪৭ কী আগষ্ট ১৫ দগী মণিপুর নিংতম্বা ভারতকী শরুক অমা ওইল্ল-বনি। ১৯৪৯ গী ওক্তবর ১৫ দা মর্জর এগ্রিমেন্ট সহি তৌনখিবা অহুদি ভারত্তা য়াওরবা মতমদা মণিপুর করম্বা রাজনিতিগী অমদি সাসনগী থাক্তা থমগদগে হায়বগী মতাংদা য়ানবা অমা সহি তৌন-খিবনি। ১৮৯১ দগী ১৯৪৯ ফাওবগী মনুংদা ওইখিবা মণিপুরগী ইতিহাসকী য়াওনশিং অসি চুম্না হৌজিকী মৈতৈ নহারোলশিংদা উৎপা ঙম্মবদি মণিপুরদা তোখায় তানিংবগী ইহৌ-য়াম্না হুম্বনবা ঙমগনি। লোয়ননা ভারতকী অপুনবা শরুক শাগৎপদা মৈতৈ মচাশিংনা অচৌবা থৌদাং লৌবদা নত্তনা ভারত কনখৎহন্নবা হোৎনবদা মৈতৈশিংনা চহী থরগী মনুংদা ভারতকী লুচিংবা ওইনা থোরকনি। মরমদি হোৎনবা কনবা মগুণ লৈবা থাংবা কনবা কোক লৈবা মৈতৈ মচাশিংনা ভারতকীদমক চপ হুংনা হোৎনরকপা ভারবদি দিল্লিদা মখোয়না থবক কয়াদা লুচিংবা ওইরকপা হায়বসি ঙসিদগী চহী থরগী মনুংদা থোকপা য়াই।

বাঙ্গালিশিং অসি মমাংদৈঙদা হিরম কয়াদা ভারতকী লুচিংবা ওইরম্মী। অহুবু মখোয় অসি হৌখিবা চহী ৪০ রোম অসিদা শোনখরকপা উই। হৌজিক্তি মখোয় অসি অরাং ভারত অমদি নোংচুপ ভারতকী মীওইশিংগী মতুংদা হন্থনা লৈরে। মতম অমদা

ভারতকী রাজনিতিদা, সাইন্সতা, সাহিত্যদা, আর্টসতা বাঙালি-শিংনা লূচিংবা ওইরম্মী। হৌজিক্তি দিল্লি, উত্তর প্রদেশ, মহারাষ্ট্র, কর্নাটকশী মীওইশিংনা বাঙালিশিংদগী হায়রিবা হিরমশিং অদিদা মাংজিন থাদ্রে। নোংচুপ বেঙ্গলগী বাঙালিশিং অসি নোংমা নোংমগী শোনথরকপদগী মখোয়দা ভারতগী তোঙায় তানিংবগী বাখল অমা লাকপা উই। বাঙলাদেশকুম্না নোংচুপ বেঙ্গল অসি নিংতম্বা লৈবাক অমা ওইহনবা পাম্বা বাঙালি কয়া লৈ। রাজনিতিদা অমদি কারবারদা অরাং ভারত অমদি নোংচুপ ভারতকী মীওইশিংনা টামিলশিংবু নমথরকপদগী টামিলনাডুগী টামিলশিং অসিসু ভারতগী তোঙায় তানবগী ইহৌ শাগৎলকলি। কাশ্মীরগী মুস্লিমশিংনা অমদি নাগালেন্দগী অমদি মিজোরামগী খৃষ্টানশিংনা হিন্দুনা মেজোরিটি ওইবা ভারত্তা লৈনিংদবা মাই, অদুবু হিন্দু বাঙালিশিংনা অরাং অমদি নোংচুপ ভারতকী কাংলুপ-শিংগা লাম্বা তৌবা ঙমদবদগী ভারত্তা লৈনিংদবা অসি মখোয়গী রাজনিতি, কলচর অমদি কারবারগী লূচিংবশিং শোনবদগী থোক-পনি হায়না লৌনিংই।

ভশেংনা হায়রবদা ভারতকী লূচিংবা ওইনবগী লমজেলদা ২১ শুবা শতাব্দিদা উত্তর প্রদেশ, দিল্লি, মহারাষ্ট্রা, হরিয়ানা অমদি গুজরাটকী হিন্দুশিংবু শিংনরকদৌরিবা অসি মৈতৈ হিন্দুশিং অসিনি। চাওখ্রবা অমদি কনখ্রবা অমেরিকাগী কারবারদা, কলচরদা, সাইন্সতা, রাজনিতিদা অমদি ফিল্মগী জগৎতা ইউরোপ-তগী লাকপা জিউ থুজোক অমনা লূচিংবা ওইহল্লা জিউ জাতিগী ওইনা কায়বা পুরকলি। মশিদগী ঐখোয়না পাড়া অমা তম্বা য়াই মহুদি মৈতৈ মচাশিংনা ভারতগী তোঙায় তাবগী বাখল থনবগী মহুত্তা ভারতকী ইন্দষ্ট্রিদা, কারবারদা, কলচরদা, আর্টসতা, রাজ-নিতিদা অমদি সাইন্সতা লূচিংবা ওইনবা হোৎনবনা মৈতৈ জাতিগী

ওইনা শরুক য়াম্না হেন্না কান্নবা ওইগনি। খৃষ্টান খাসি অমনা খৃষ্টান মিজো অমনা, খৃষ্টান নাগা অমনা নত্রগা মুস্লিম কাশ্মীরি অমনা ভারতকী লুচিংবা ওইনবা হোংনবদা য়াম্না রানা থোকপা য়াই অত্তুবু হিন্দু মৈতৈ অমনা হোৎনরবদি ভারতকী লুচিংবা ওইবদা পংলু লুনা থোকলোই। মরমদি ঙানা ঈশিংদা হৈনবগুম, জিউশিংনা অমেরিকাগী কলচরদা হৈনবগুম হিন্দু মৈতৈশিংনা ভা-রতকী হিন্দু কলচরদা হৈনগনি। মথক্তা পিগ্রিবা মরমশিং অসি নৈনবদগী এরেঙোন্দা থাজবা কাওই মতুদি ২১ শুবা শতাব্দিদা মৈতৈ মচা খরদি হিরম কয়াদা ভারতকী লুচিংবা ওইরগনি। খুদম ওইনা ভারতকী খুাইদগী ইনাকখুনবা কারবাররালা ২০ গী মতুংদা মৈতৈ মচা রাওবদা মহাক ভারতকী কারবারদা লুচিংবা অনা ওইগদৌরিবনি।

মৈতৈ মচা অমনা ভারতকী প্রাইম মিনিষ্টর ওইত্রবা ফাওবদা মহাক্না ভারতকী খুাইদগী শক্তি লৈবা রাজনিতিরালা ৫ নত্রগা ৬কী মতুংদা অমা ওইববদি মহাকপু ভারতকী শিংথাবা যাবা রাজনিতিগী লুচিংবা অমনি হায়না লৌগনি। আর্টসতা, সাইন্সদা, কলচরদা, ফিল্মগী জগৎতা নত্রগা শাম্না থোংনবদা ভারতা খুাইদগী ফাংবা মী ১০ গী মতুং চনবা মৈতৈ মচাশিং অত্তু ভারতকী লুচিংবশিংনি হায়না লৌগনি। মৈতৈ মচা কয়া হিরম কয়াদা ভারতকী শিংথা-বা য়াবা লুচিংবা ওইরক্লবা মতমদা মৈতৈনা দিল্লিদা পাগ্লে হায়বা য়াবে। এরেঙোন্দদি থাজবা লৈতে মতুদি নোংমদি শোয়দনা "দিল্লিদা পানগনি এরেথোয়"।

# মৈতৈগী মতম লাক্লে

নিংতম্বা ভারতকী লুচিংবশিংনা নিংতম্বা কংখিবা চহীদগী ওসি-
ফাওবা ভারতকী শেলথুমগী, শেমগৎ শাগৎপগী, লল্লোন ইতিকী,
ওাক শেনবগী, কলচরগী অমদি পৃথিবীগী অতৈ লৈবাকশিংগা
লৈনবা মরিগী মতাংদা পোরম য়াংপদা চাংয়েং কয়া তৌহুনা
লাক্লি। জবাহরলাল নেহরুনা প্রাইম মিনিষ্টর ওইরিঙৈদা মশামক
কাশ্মীরি পন্দিৎ ওইবনা মতম অয়াম্বদা কাশ্মীরগী মতাংদা রাখল
খনখি হায়নিংই। কাশ্মীরগী মতাংদা ভারতকা পাকিষ্টানগা মুরুবা
লৈবদগী নেহরুনা নোংচুপ এশিয়াগী মুস্লিম লৈবাকশিং পাকিষ্টান্দগী
ফাদোকুবা হোৎনখি। সাউদি অরাবিয়া, ইরাক, ইরান, সিরিয়া
তুর্কি, আফগানিষ্টান্নচিংবা লৈবাকশিংগী মতাংদা নেহরুনা শেমগৎবা
ভারতকী পোলিসিশিং অহুনা ওসিদি কাশ্মীরগী মতাংদা ভারতা
কান্নবা পিবা ওমত্রে। নেহরুগী মতমদা ইজরেলগী য়েকুবা মুস্লিম
লুচিংবশিংদা ভারতনা মীচং কা হেন্না চংখি। মতুদগী ভারতকী
অমাংবা কয়াম্না লৈখি। শম্না হায়রবদা নেহরুনা য়াংলম্বা ভারত
সরকারগী নোংচুপ এশিয়াগী পোলিসি অসি অশোয়বনি হায়নিংই।
লালবহাদুর শাস্ত্রি, ইন্দিরা গান্ধি, মোরারজি দেশাই, রাজিব গান্ধি
অমদি ভিঃ পিঃ সিংহনা নেহরুগী নোংচুপ এশিয়াগী পোলিসি অদু
মথৎ মথৎ ইনখি। ইজরেলবু ইনথোক্লগা ভারতনা মুস্লিম লৈবাক-
শিংবু থেম্নবা হোৎনবদা চহী ৪০ হেন্না মতম মাংখি জাতিগী শেল
য়াম্না তিংখি পৃথিবীগী মমাংদা ভারত চাং তাখি। ভারতনা কয়া

হোংনজরবস্থ নোংচুপ এশিয়াগী লৈবাকশিং অসি কাশ্মীরগী মতাংদা ভারতকা পাকিস্তানগা মুক্কবদা পাকিস্তানগী মীচংদা লেংদনা লৈ হায়বসি ঐখোয়না উরে।

নিংতম্বা কুইত্রিবনিনা ভারতস্থ হৌখিবা চহী ৪৫ রোম অসিদা লুর লুরবা হিরম কয়া থেংনহুনা লাক্লি। ভারতকী সমাজগী অমদি শেলথুমগী ফিভম ফগৎহন্নবা হোৎনবদা থেংনরিবা অরুবা সমস্যা-শিংদা নত্তনা অরাং নোংপোক ভারত, পঞ্জাব অমদি কাশ্মীরগী রাথোকশিং অমদি অতৈ জাতিগী ওইবা সমস্যা কয়া থেংনরক্লি। কাশ্মীর অমদি নোংচুপ এশিয়াগী মতাংদা কান্নদবদা মতম অমদি শেল কা হেন্না মাংহন্দুনা অশোয়বা পোলিসি লৌখৎলম্বগী মহুত্তা হৌখিবা চহী ৪০ দা অরাং নোংপোক ভারত অমদি খা নোংপোক এশিয়াদা ভারত সরকারগী পুক্কিং হেন্না চংলম্নবদি ওসি ভারত অসি শেলথুমগী ফিভম ফবা য়ান্না শক্তি লৈবা চিনাদগী হেন্না কনবা লৈবাক অমা ওইরমগনি। নেহরু, ইন্দিরা অমদি রাজিবনা কাশ্মীরদা অঙকপা ফংনা শেমগৎ শাগৎপগী শেল থাদহুনা হোৎ-নখি অহুবু মণিপুর অমদি অরাং নোংপোক ভারতকীদমক্তদি শেল য়ান্না রাৎনা থাদখি। নেহরুনা লুনা তৌরম্বা কাশ্মীরগী মুস্লিমশিংনা ওসিদি লালহৌরে। লালহৌবা কাশ্মীরগী মুস্লিমশিং অসিনা নেহরুগী মগ্নি মতা অমদি মচা মত্ত ওইরিবা কাশ্মীরগী ভিন্দুশিং কাশ্মীরদগী লোয়না তানথোরক্লে। হৌজিক নেহরুনা লুনা তৌজ-রম্বা কাশ্মীরগী মুস্লিমশিংনা পৃথিবীগী লৈবাক কয়াগী মতেং ফংহুনা কাশ্মীর নিংতম্বা লৈবাক অমা শেম্নবা হোৎনরি। ফিভমশিং অসি-দগী ভারতনা ওসি পৃথিবীগী রাজনিতিদা অরাবা থেংনরি। মতম অমদা সোভিয়েৎ ইউনিয়ন্দা য়াওরম্বা হৌজিক্কা কমনবেলঠ ওফ ইন্দিপেন্দেন্ট ষ্টেটতা য়াওরিবা সেন্ত্রেল এশিয়াগী মুস্লিম লৈবাকশিং মরুওইনা কজাকস্তান, উজবেকিস্তান টুর্কমেনিস্তান অমদি টাজিকিস্তান্না

কাশ্মীরগী মতাংদা ভারতকী মায়োক্তা লাকপা অমদি আফগানিস্তানদা হন্দক্তা পাকিস্তানা শৌগৎপা মুস্লিম ফন্দামেন্তেলিষ্টশিংনা সরকার পায়রবা মতুংদা ভারতকী মায়োক্তা ফিরেপ লৌরকপা অসিনা কাশ্মীরগী মতাংদা ভারত য়ায়া চিনশিল্লগনি। ভারতকী অকোয়-বদা মরু ওইনা মুস্লিম লৈবাকশিংদা হৌজিক হোংলকলিবা রাজনি-তিগী য়াওনশিং অসি ভারতকী রাজনিতি দলগা অমত্তনা মাংজোননা উবা ঙমখিদবা অসি অমসুং নোংপোক ভারতা লৈবা ঐখোয়দা য়ুক্তাইতবা ফাওই। নেহরু, ইন্দিরা অমদি রাজিবতা নত্তনা ভিঃ পিঃ সিংহ, মোরারজি দেসাই, চন্দ্রশেখরনচিংবস্থ থৌদোকশিং অসি থোক্লক্লনি হায়বসি হায়া উবা ঙমখিদে। অতোপ্পা রাকম অমনা ভারতকী লুচিংবশিংনা অতোপ্পা লৈবাকশিংগী মতাংদা থংবা রাং-পদি প্রজানা মখোয়বু ঙাকপিবা য়াই, অদুবু মখোয়না মশাগী ভারতপু মুম্না থংহনবদি প্রজাশিংনা মখোয়বু ঙাকপিবদা রানা থোক্লনি। নেহরুনা ভারতকী কলচর অমদি ইতিহাসকী মতাংদা মহাক্কী লাইরিক 'দি দিসকভরি ওফ ইন্দিয়া' দা নৈনরম্ববস্থ ভারত অপুনবগী অশেংবা শক্তমদি মহাক উবা ঙমখিদবরা হায়বসি নৈনবা য়াবা রাফল্লি। কাশ্মীর, অমসুং ভারত, মযাই থংবা ভারত অমদি নোংচুপ ভারতকী কলচর অমদি সভ্যতাশিং নেহরুনা মুম্না থংলম্বা যাই অদুবু খা ভারত, নোংপোক ভারত, অমসুং নোংপোক ভারত, অসাম অমদি মণিপুরগী কলচর অমদি সভ্যতাশিংগী মতাংদদি মহাক মুম্না নৈনখিদে অমসুং থংখিদে হায়নিংই।

তশেংনা হায়রবদি মহাক্না অমসুং নোংপোক ভারত, নোংপোক ভারত অমদি খা ভারতকী মীওইশিংবু থাজবা ঙমখিদবগী মরমদি মহাক্না মখোয়গী কলচরবু মুম্না থংদবা অমদি নেম্না লৌখিবদগীনি। নেহরুনা হায়রিবা লমশিং অসিগী হিন্দু ধর্ম্মাগা মরি লৈনবা কলচর

অমদি ইতিহাস মূল্লা নৈনরম্লবদি লমশিং অসিগী মীওইশিংবু মহাক্লা থাজবা ওম্লমগদবনি। ভারত নিংতম্বা মতমদা মহাক্লা কাশ্মীরগী লুচিংবশিংবুদি থাজরগা মণিপুর অমদি অরাং নোংপোক্কী লুচিংবশিং-বুদি থাজখিদবা অছু মহাক্লা ভারত অপুম্বগী ইতিহাস মুম্লা খংখিদবগী অচৌবা থুদমনি। ভারতকী কাংলুপ খুদিংমক্লা হোংনমিম্লহনা ভারত নিংতম্লবা মতমদা নেহরুনা কাশ্মীরিশিংদা রাজনিতি অমদি সাসনগী অচৌবা দায়িত্ব শিম্লরম্মী নাকল অমরোমদা মহাক্লা মণিপু-রীশিংদা থাজদবদগী দায়িত্ব শিম্লরমদে। মহাক্লা ভারতকী সভ্যতা অসি চুম্লা উরম্লবদি মণিপুর, অরাং নোংপোক ভারত অমদি খা নোংপোক এশিয়াদা মহাক হেম্লা পুক্নিং চংলমগদবনি। ভারতকী তোঙান তোঙানবা লমশিংগী কলচর অমদি সভ্যতা মুম্লা খংদবদগী করম্বা ষ্টেটশিংনা ভারতকী য়াংলেন শরু ওইহনা ভারত কনগংহন-গদৌরিবনো হায়বগী মতাংদা নেহরুগী অচুম্বা য়াখল নৈখিদে। মরম অছুনা মহাক্লা হিন্দু ধর্ম্মাগী অগ্রিবা কলচর নৈবা ভারতকী য়াংলেন শরু ওইবা অসাম, মণিপুর অমদি ত্রিপুরাবু নমথরগা ভারতকী য়াংলেন শরু থুদেক্কবা হোংনরিবা নাগালেন্দ, মেঘালয়া, কাশ্মীরনচিংবা লমশিং শেমগংলম্বনি।

দিল্লিগী রাজনিতিগী লুচিংবশিংনা অরাং নোংপোক ভারত অমদি খা নোংপোক এশিয়াগী মগুনশিং চুম্লা উবা ঙমদ্রে হায়বসিদি শেংলে। ভারতকী মমিং লৈবা অইবশিংনা, অথও অহৈশিংনা, জর্নেলিষ্টশিংনা অমদি আর্ট অমসুং কলচরগী লুচিংবশিংনা অরাং নোংপোক ভারতকী অমদি খা নোংপোক এশিয়াগী কলচর অমদি ইতিহাসকী মতাংদা কম্লা য়াম্লা খংলবগে হায়বসিসু নৈনবা য়াবা য়াফমনি। তশেংনা হায়রবদি ভারতকী রাজনিতি লুচিংবশিংনা অরাং নোংপোক অমদি খা নোংপোক এশিয়া খংদবগী মরম অমদি ভারতকী অইবশিংনা অথও অহৈশিংনা অমদি জর্নেলিষ্টশিংনা লমশিং

অসিগী মতাংদা মরিক চুন্না ইবা ওমদবা অমদি উৎপা ওমদবদগী থোকপনি। ভারতকী অইবশিং অসি ইউরোপ, অমেরিকা অমদি নোংচুপ এশিয়াগী কলচরনা থম্মায়খিবদগী খা নোংপোক এশিয়া, চিনা, জপান, কোরিয়ানচিংবগী কলচর নৈনবগী মতম ফংদবনি হায়নিংই। দিল্লি, বোম্বেগী অইবশিংনা অরাং নোংপোক ভারত অমদি খা নোংপোক এশিয়াগী মতাংদা ইত্তরেষ্ট লৌত্রবস্ কল-কত্তাগী অইবশিং ফাওবদি হায়রিবা লমশিং অসিগী মতাংদা ইত্তরেষ্ট লৌকম থোকপনি অদুবু মখোয়মু লৌদে। ভারতকী অইবশিংনা অরাং নোংপোক ভারত অমদি খা নোংপোক এশিয়াগী ইতিহাস, সাহিত্য অমদি কলচরগী মতাংদা খংবা রাংজি হায়বসিদি শেংলবা রাকমনি। সাহিত্যদা নোবেল প্রাইজ ফংখিবা বেঙ্গলগী রবিন্দ্রনাথ ঠাকুর ফাওবা অরাং নোংপোক ভারতকী সভ্যতা অসি চুন্না উবা ওমখিদে হায়নিংই। মহাক্না চিত্রাঙ্গদানচিংবগী রাখিশিং মণিপুরগা পকশিন্নহল্লম্বা অসি মণিপুরগী সভ্যতা খংদবদগীনি। ওশেংনা হায়রবদা মণিপুরদা চিত্রাঙ্গদা লৈরমদে। মণিপুরদা আর্জুন লাকলমদে হায়বশিসু মহাক খংকম থোকপনি। মহাক্না মুমথংনবা চিনা, বর্মা অমদি থাইলেন্দগী সমাজশিংগী মতাংদা ইনবা হোৎনখিদে; আফগানিস্টান, ইরানচিংবগী মতাংদদি ইথি।

ময়াইথংবা অমদি নোংচুপ থংবা এশিয়াগী লমশিংদা মুস্লিম-শিংগী ইহৌ কনখৎলকপদগী ভারতকী মরুপ রাংলকপা অমদি পাকিস্টানগা ভারতকা মুরুবা হেনকৎলকপা লোয়ননা ভারতকী শেলথুম অমদি ললোন ইত্তিকী মতাংদা অনৌবা মরুপ থিরকপদগী ১৯৯২ য়োরকপদা ভারতকী রাজনিতি অমদি কলচরগী লুচিংবশিং-না মখোয়না লুংশিজরম্বা নোংচুপ এশিয়া থাদোক্লগা মতম শাংনা মথোয়না থওইরক্রবা খা নোংপোক এশিয়াদা মমাই ওনবা হৌ-

রকপা উই। ভারতকী লুচিংবশিং অসি মীরৈবাকা মরি লৈনবগী মতাংদা হৌজিক ইতিহাসকী অচৌবা পাড়া অমা ভমলে হায়না খল্লি। ভারতনা খা নোংপোক এশিয়া অমদি নোংপোক এশিয়াগা মরি চাওনা থম্বা হোংনরকপা অসিদগী মণিপুর অমদি অরাং নোংপোক ভারতকী মতাংদা ভারত সরকারগী মীৎয়েংশু হোংলক-দৌরি। অরাং নোংপোক ভারতকী চাওখৎ খোংথাং থুজিন্নবা হোৎনবদা নত্তনা মৈতৈ, অসামি অমদি অতৈ লম অসিগী কাংলুপ-শিংদা ভারত সরকারনা হিরম কয়াদা হেন্না দায়িত্ব পিরক্লগনি।

মৈতৈগী মতম লাকপগা লোয়ননা লাক্লিবা চহীশিংদা মৈতৈ মচাশিংনা ভারতকী থবক কয়াদা লৌরকদৌরিবা থৌদাংশিং অচু মাংজৌননা উবা ঙম্বা তুংদা ওইরকদৌরিবা ভারতকী রাজনিতিগী অমদি শেলথুমগী ফিভমশিং লৈনবা দরকার ওই। ভারত পৃথিবীদা চিনাগী মথংদা থুইদগী মীশিং যাম্বা লৈবাক্নি। সাইন্টিষ্ট, ইঞ্জি-নিয়ার, ডাক্তর, তেক্নোলোজিষ্টশিং মশিং যাম্বদা ভারত অমেরিকা অমদি রশিয়াগী মথংদা লৈ অহুগা চিনা অমদি জপানগী মথক্তা লৈ। ইন্দস্ট্রিগী মতাংদা অমেরিকা, জপান জর্মনি অমদি অতৈ লৈবাক খরগী মতুংদা চেল্লবশু ভারত পৃথিবীদা শিংথাবা যাবা ইন্দষ্ট্রিনা চাওখৎপা লৈবাক অমা ওইরে। মীশিং যাম্বদা নত্তনা ভারতকী লৌউ-শিংউবা য়'বা লমশু যান্না চাওই অমসুং সমুদ্রগী মচানশু যান্না লৈ। মশাগী সেতিলাইট থাগৎপা ভয়া পৃথিবীগী লৈবাক ৬কী মনুংদা ভারতসু অমা ওইরে। কম্পুতর সোফটরেয়ার পুথোকপগী মতাংদা ভারতকী সাইন্তিষ্টশিং অসি ইউরোপকী সাইন্তিষ্টশিংগা চাংদম্নবা যারে। ভারতকী সাইন্তিষ্ট অমদি ইঞ্জি-নিয়ারশিং অসি ইউনিভর্সিটিদা ইংলিস মেদিয়মদা তম্লকপনা জপানগী অমদি জর্মানিগী ইংলিস খংদবা সাইন্তিষ্ট অমদি ইঞ্জিনিয়ারশিংদগী

হেন্না খুদোংচাবা কংবা উই ভারতকী ইঞ্জিনিয়ারিং কলেজ অমদি ইউনিভর্সিটি খরদি পৃথিবীগী খ্বাইদগী কবশিংগী মধুংদা য়াওরবনি। খুদম ওইনা ভারতকী আইঃ আইঃ টিঃ (ইন্ডিয়ান ইন্সটিট্যুট ওফ টেক্নোলোজি) ৫ লৈরিবা অসি অমেরিকাগী খ্বাইদগী ফবা ইঞ্জিনিয়ারিং কলেজশিংগা চাংদমনবদা নোপত্রবনি। ঙসি ভারতনা সাইন্স অমদি ইঞ্জিনিয়ারিংগী মহৈ মশিং ভন্দা খুমাং য়াম্না চাওশিল্লিবসি নেহকনা হোৎনরম্বগী মপাম্নি। ভারত সুপর কম্প্যুতর শাবা ঙমলে সবমেরিন শাবা ঙমলে মিসাইল মথল কয়া শারে। নিউক্লিয়ার বোম শাবগী ভারতকী তেক্নোলোজি লৈরে। ভারতকী নেভি, এয়ার ফোর্স, আর্মি পৃথিবীদা শিংথাবা য়াবা ফোর্সশিংনি। অমারোমদা পাকিস্তানি সবমেরিন শাবা ঙমদ্রি অমদি মিসাইলশিং মীরৈবাক্কী লৈরি। ভারতকী নেভি য়াম্না কনখৎলকপদগী চিনা অষ্ট্রেলিয়া, সিংগাপুর, ইন্দোনেসিয়া, পাকিস্তানচিংবা লৈবাকশিং মীপাইবা পোক্লরে। সাইন্টিষ্ট, ইঞ্জিনিয়ার অমদি তেক্নোলোজিষ্টশিংগী মতেংনা ভারতকী ইন্দস্ট্রি চাওখৎলকপগা লোয়ননা ভারতকা মীরৈবাক্কা লন্দোন ইতিক তৌনবগী চাংদু য়াম্না হেনগৎলকলি। ১৯৯১ ৯১ দগী দি ভারতকী অনৌবা ইকোনোমিক পোলিসি লৈরকপগা লোয়ননা লাক্লিবা চহী খরা অসিদা ভারতা অমুক্কা থোকখিদ্রবা মওংদা শেলথুমগী য়াওন লাক্লনা ভারত পৃথিবীদা য়াম্না চাওখৎপা লৈবাক অমা ওইরক্কনি হায়বগী থাজবা লৈরে। চহী ২০০০ দদি ভারত অসি ইকোনোমিক অমদি তেক্নোলোজিকেল সুপর পরার ওইরগনি। ইন্দস্ট্রি চাওখৎপদা এশিয়া মহাদেশতা জপানগী তেক মথংদা অহুগা চিনা, কোরিয়া অমদি থাইলেন্দগী মথক্কা ভারতনা লৈরগনি। ইকোনোমিক সুপর পরার ওইরকপদগী ভারত মিলিটরি সুপর পরার অমা ওইরকপা লায়না থোক্কনি।

ইকোনোমিক মুপর পরায় ওইনবা হোৎনবদা ভারতনা খা নোংপোক এশিয়াগা লশোন ইভিক্কী মতাংদা য়াম্না চাওবা মরি থম্নবা হোৎনবা ভাবনি। হৌজিক কাওবদদি ভারতকা খা নোং-পোক এশিয়াগী লৈবাকশিং মরুওইনা থাইলেন্দ, মালেশিয়া, ইন্দোনেশিয়া, সিংগাপুরনচিংবগা লৈনরিবা ললোন ইতিক্কী মরি অসি য়াম্না পিকই। জপানগা ভারতকা শেলথুমগী ললোন ইতিক্কী অমদি তেক্নোলোজিগী মতেং লৌনবগী চাং হেনগৎনবস্থু ভারত সরকারনা হোৎনবা হৌরে। বর্মা, লাউজ, কম্বোদিয়া অমদি ভিয়েৎনামগা ভারতকা লৈনরিবা শেলথুমগী মরিস্থু কনখৎহনবা ভাবনি। মতমনা অমদি ফিভমনা য়ারক্কবদগী খা নোংপোক এশিয়াগী লৈবাকশিংদা ভারতকী ললোন ইতিক্কী পোৎ চৈ হেন্না য়োম্নবা লাক্লিবা চহী খরা অসিদা হোৎনরকদৌরি হায়দি হন্দক ভারত সরকারগী মীহুৎ কয়ানা সিংগাপুরদা, মালেশিয়াদা অমদি ইন্দোনেসিয়াদা চৎতুনা য়ানচে সতি তৌনখিবা অহুদগী খঙবা ঙমই। লাক্লিবা চহীশিংদা খা নোংপোক এশিয়াগা ভারতকগী মরক্তা ললোন ইতিক চাওনা তৌনরকদৌবা অসিগী য়েংহুনা অন্দা-মানগী পোর্ট ব্লেয়ারদা অথম্নবা ইন্দস্ট্রি কয়া লিংনহগী থা থম্লগে, নোংচুপ বেঙ্গলদা কলকত্তাগা নক্নবা মফমদা হিথাংফম শেমগৎনবা অমস্থুং কলকত্তা অমদি মসিগী অকোয়বদা ইন্দস্ট্রিগী ইনফ্রাষ্ট্রাকচরশিং সিংখৎনবা থবক হৌগ্রে। উরিষ্যাদা অচৌবা ইন্দস্ট্রি খরা পায়-খৎপস্থু হৌগ্রে। অন্ধ্র প্রদেশকী ভিজাগপত্তনম হিথাংফমগী অকোয়বদা ইন্দস্ট্রি কয়া লিংখৎনবা মীরৈবাক্তা লৈবা ভারত মচা কারবাররবালাশিংনা থবক পাইখৎপা হৌগ্রে। অরাং নোংপোক ভারত শেমগৎ শাগৎপগী থবক য়াংশিন্নবা থবক কয়া পায়খৎনবা ভারত সরকারনা থৌরাং হৌগ্রে। অরাং নোংপোক ভারতকী অগরতলা অমদি সিলচরগা কলকত্তাগা বাঙ্গলাদেশ কাওরগা

হয়াগাড়ী লম্বী অমদি রেল লম্বীনা শম্নহম্নবা ভারত সরকারনা বাঙ্গ-লাদেশ সরকারগা য়ারি শাননবা থৌরাং সৈরে। বর্মাগা ভারতকা য়াম্না থুনা মরী ফগৎনবা ভারত সরকারনা হোৎনরি। পুন্নমকশিং অনিনা মণিপুর অমদি অরাং নোংপোক্কী শেন্নথুমগী কিতন ফগৎহন-বদা য়াম্না মতেং ওইগনি। ভারতকা চিনাগা নকশিন্নকপগা লোয়ননা ভারত অমদি বর্মাগী মরি ফগৎনক্লগনি থাজনরি। ভরত অমদি বর্মাগী মরি ফগৎনক্লবদি লৈবাক অনিগী মরক্তা লন্ থান ইত্তিকী থবকসু কনথৎলক্লগনি। ভারতনা বর্মাদগী ইন্দস্ট্রিগী মচাক কয়া ফংগনি। অমসুং বর্মানা ভারতগী ইন্দস্ট্রিগী পোৎশাকশিং লৌগনি। মতম অদুদা মণিপুর ফাওনা চংলিবা বর্মা বোর্ডর ভারত অমদি বর্মাগী মরক্তা পোং পুথোক পুশিনগী য়াম্না চকওইবা লম্বী ওইরগনি মতম অদুদা মণিপুরদা ইন্দস্ট্রি কয়া লিংখৎপা য়াগনি। ভারতনা থা নোংপোক এশিয়ারামদা ওন্নকপগা লোয়-ননা ইন্দস্ট্রি তৌনিংঙশিংনা মতম অমদা বোম্বে অমদি বেঙ্গলোরদা হোৎচিন্নখ্রা অদু হৌজিক্তি কলকত্তা অমসুং উরিষা অমদি অন্ধ্র-প্রদেশকী মফম কয়াদা হোৎচিনক্লগনি। কলকত্তা অমদি নোংপোক ভারতকী মফম কয়াদা ইন্দস্ট্রি কয়া পাইথৎলকপদগী চঙী থরগী মথুংদা নোংপোক ভারতকী চংগদবা ইলেকত্রিক পৱারসু য়াম্না হেনকৎলগনি। নোংপোক ভারতকী চংগদবা ইলেকত্রিক পৱার মচিকচানা পিবা ঙম্নবা অরাং পোংপোক ভারতা মরুওইনা মণিপুরদা অচৌবা হাইড্রো ইলেকত্রিক পৱার প্রোজেক্ট খরা পাইথৎলকপা হায়বনিদি শোয়দ্রবনি। মণিপুরগী টিপাইমুখতা পাইথৎকদৌরিবা য়য়াক হাইড্রো ইলেকত্রিক প্রোজেক্ট অমদি অতৈ অরাং নোংপোক্কী হাইড্রো ইলেকত্রিক প্রোজেক্ট কয়া লোয়রবা মতমদা কলকত্তাদা ইলেকত্রিক পৱার পিবতা নত্তনা বাঙ্গলাদেশ অমদি বর্মাদা ইলেক-ত্রিক পৱার য়োন্দুনা ভারত সরকার, মণিপুর সরকার অমদি অরাং

নোংপোক্কী অতৈ ষ্টেট সরকারশিংনা ইনকম য়াম্না ফংবা ঙমগনি।

বোম্বেরোমগা য়েংনরুবদা মতম শাংনা ভারত সরকারনা থওইরক্রবা নোংপোক ভারতলোমদা শেমগৎ শাগৎপগী থবক কনথংনবা ঐশোয়না তকশিনবা তাবনি। ভারত সরকারনস্থ হায়গী রাংখ ন থাদোক্লনা অনৌবা মীৎয়েং অমগা লোয়ননা অরাং নোং-পোক ভারত অমদি নোংপোক ভারতকী লমশিং বেঙ্গল, বিহার উরিষ্যা, অন্ধ্র প্রদেশনচিংবা ষ্টেটশিং শেমগৎ শাগৎনবগী থবক পায়থংলগনি হায়বগী থাজবা উরে। হন্দক্তা ভারত সরকারনা ইস্পাংকী মতাংদা ফ্রেট ইকেলাইজেসন পোলিসি লৌথোকখিবা অতুনক নোংপোক ভারত্তা ইস্পাংকা মরি লৈনবা ইন্দস্ট্রি লিংখৎপদা অরাং ভারত অমদি নোংচুপ ভারত্তগী হেন্না খুদোং চারগনি। থুনম ওইনা চিলিগুরীদা নত্রগা মণিপুরগী জিরিবামদা সাইকল ফেক্তরি লিংখৎপনা চান্দিগর অমদি বোম্বেদা লিংখৎপরগী হেন্না খুদোং চারগনি। মরমদি বিহার নত্রগা বেঙ্গলদগী সাইকল শাবদা শিক্লিন্নবা ইস্পাংকী পোং হোনবদা নক্লনা লৈবা জিরিবাম অমদি সিলিগুরিগী ফেক্তরিশিংনা শেল হন্থনা খবচ তৌগনি। বাঙ্গলাদেশ ফাওহুনা অরাং নোংপোক্তা কলকত্তাগা রেলনা শন্নবা মতমদা মণি-পুর য়াম্না কান্নগনি, বাঙ্গলাদেশকী চিতাগোং হিথাংফমগা ত্রিপুরাগা বাঙ্গলাদেশ ফাওহুনা রেল অমদি হরাগাডি লম্বীনা শন্নববা মতমদা মণিপুরদা মরুওইনা জিরিবামদা ইন্দস্ট্রি অচৌবা কয়া লিংখৎপদা খুদোংচাগনি। তিপাইমুখ দাম প্রোজেক্ট অমদি বরাক হাইড্রো ইলেকট্রিক প্রোজেক্টনা মৈতৈশিংগী শেলথুমগী ফিভম য়াম্না ফগৎ-হনগনি। বর্মাগা ভারতকগী মরক্তা ললোন ইতিকী থবক হেনগৎলক্কদৌরিবা অসিদগী বর্মাদগী মরুওইনা করো তম্পাক্কগী মণিপুরনা ইন্দস্ট্রিগী মচাক কয়া ফংগদৌরিবনি। কলকত্তা সহয় বোম্বেগুম্না ইন্দস্ত্রিদা য়াম্না চাওখৎলক্কবদি মৈতৈ মচাশিংনা শেন-

থোক লম্বী থিবদা হেন্না খুদোং চাগনি। কলকত্তা অমদি পোর্ট ব্লেয়ারদা মৈতৈ মচাশিংনা কারবার তৌবা ঙমজনবা সহরশিং অসিদা মণিপুর সরকারনা লম চাওনা লৌরগা কারবারগী মফম শেমগৎক-দবনি। অদু ঙইরবদি চহী থরগী মনুংদা মৈতৈ মচাশিংনা কারবার চাওনা তৌবা ঙম্লকনি। মথক্তা নৈনখিবশিং অসিদগী থংবা ঙমলে মতুদি শোক ২০০০ নকশিল্লকপগা লোয়ননা হৌজিক ঐখোয় মৈতৈগী মতম লাক্লে। মৈতৈনা রাজনিতিদা, কারবারদা, ইন্দস্ট্রিদা অমদি অতৈ থবক কয়াদা লাক্কদৌরিবা চহীশিংদা ইনথংহৈবা ভারৎদি হৌজিক্কী হৌনা মৈতৈ লুচিংবশিংনা শেম শাবা তাবনি।

# অরাং নোংপোক্কী লুচিংবদি মৈতৈনা ওইবা তাবনি

চহী চা কয়াদগী মৈতৈনা অরাং নোংপোক ভারতকী ইতিহাস-তা লৌহনা লাক্লিবা যৌদাংশিং অত্থু য়েংলুরগনি লাক্লিবা চহী ২০ মুক্কী মতুংদা রাজনিতিদা, সাহিত্য, কারবারদা অমদি মহৈ মশিং-দা অরাং নোংপোক্কী লুচিংবা ওইরগনি হায়বদি ঐহাক্না থাজবা ফাওই। ভারতনা নিংতম্লবা মতুংদা অরাং নোংপোক ভারতকী রাজনিতিগী মেপ অসি চহী কয়া চংনা শেমদোক শেমজিন তৌহনা ষ্টেট তরেৎ হায়বদি নাগালেন্ড, মিজোরাম অরুনাচল প্রদেশ, মেঘালয়া, ত্রিপুরা, মণিপুর অমদি অসাম লৈহনখিবা অসিগী লোয়-ননা ভারতকী লুচিংবশিংনা অরাং নোংপোক্কী হিন্দু মৈতৈ অমদি হিন্দু অসামী নমথরগা খৃষ্টান ট্রাইবেলশিংদা হেন্না পাউজেলগী অমদি শেল থুমগী খুদোংচাবা পিবগী পোলিসি তম্না মতম শাংনা থমখি। খুদম ওইনা চহী চা কয়া নিংখা তম্লবা হিন্দু মৈতৈনা মেজোরিটি ওইবা মণিপুরবু ষ্টেট ওইহনখিবসি ১৯৭২ দনি। অতুগা অসামগী শরুক অমা ওইরম্বা রাজনিতিগী থাক্তা য়াম্না নেম্না লৈরম্বা নাগালেন্দা মণিপুরদগী চহী ৯ লোম হান্না ভারত সরকারনা ষ্টেটহুদ পিখি। মসি ভারত সরকারগী য়াম্না চাওনা মীচং মীথায় নায়বা থবক অমনি। মণিপুরদগী য়াম্না হান্না নাগালেন্দা নেহরুনা ষ্টেটহুদ পিখিবা অসি ইংলেন্দগী খৃষ্টান লুচিংবা থরনা জবাহরলাল নেহরুদা পাওতাক পিখিবদগী ওইরম্মু য়াই। ভারতকী অহানবা প্রাইম

মিষ্টর ওইখিবা নেহরুনা মাপী থম্মোয়দা ইংলেন্দবু পুক্না তৌজ-
রম্মী। অরাং নোংপোক্কী খৃষ্টানশিংনা মরুওইনা থাসি অমদি
নাগাশিংনা ইংলেন্দগী মতেং লৌরগা নেহরুদগী খুদোংচাবা য়াম্না
ফংখি। নাগা লালহৌবশিংগী লুচিংবা ফিজোনা ইংলেন্দা লৈরগা
ইংলেন্দগী লুচিংবশিংদা ইনশিন্দুনা নেহরুদা ইথিল পিরম্বা য়াই।
অরাং নোংপোক্কী খৃষ্টানশিংবু নেহরুনা য়াম্না লুনা তৌখিবগী
মরম অমদি মহাক্কা লেদি মাউন্টবেটনচিংবা পেন্নবা তৌখিবা
ওইরম্বা য়াই। নেহরুনা অরাং নোংপোক্কী খৃষ্টানশিংগী য়াম্না
খল্লম্ববসু ত্রিপুরী, বোরো কছারি, অসামী অমদি মৈতৈ হিন্দুশিং-
গীদি ইথন খল্লমদে হায়বা য়াই। অরাং নোংপোক্কী খৃষ্টানশিংবু
য়াংনা থাজৎলগা হিন্দুশিংবু নমথরম্মি বা অসি নেহরুনা ইংলেন্দগী
রাজনিতিরালাশিং, খৃষ্টান লুচিংবশিং অমদি মেডিয়াগী মীওইশিং
পেলহম্নবা তৌরম্মু য়াই। নেহরুনা অরাং নোংপোক ভারতকী
মতমদা লৌখিবা পোলিসি অসি করিদগী শোয়গ্রিবনো হায়বগী
মহৌদা অদুম্বা ফংনবা পিছাই তৌবদা য়াম্না কান্নগনি হায়না খল্লি।
মহাক্ক খৃষ্টানবু লেম্না খুদোংচাবা পিবা হায়বা পোলিসি অদুনা
অরাং নোংপোক্কী হিন্দু এহৈলেঙ্গ কয়াদু খৃষ্টান ধর্ম্মাদা পুশিনখিবনি।
ভারতকী লুচিংবা অয়াম্বনা অরাং নোংপোক্কী ইতিহাস অমদি
সমাজগী ফিভম অসি মূম্না খঙদবদগী অরাং নোংপোক্তা লৈবা
জোঙান তোঙানবা জাতিশিংগী শেমগৎ শাগৎনবগী প্লান তৌবদা
অচুম্বা মওংদা তৌবা উমদে। রাজিব গান্ধি অমদি ভিঃ পিঃ সিংহনা
প্রাইম মিনিষ্টর ওইরিবৈদা ভাংখিবা রাজ্যশিংদগী থংবা ভমই
মহুৎশিং মখোয়না অরাং নোংপোক অসি খৃষ্টান্না মেজোরিটি ওইবা
লমনি হায়না লৌখি। রাজিব গান্ধি অমদি ভিঃ পিঃ সিংহনা অরাং
নোংপোক্তা খৃষ্টান্না মেজোরিটি ওই হায়না লাম্না খনবদগী মখোয়না
অরাং নোংপোক্কী পোলিসি কয়া য়াংপদা অশোয়বা কয়া লৈখি।

অসামী অমদি মণিপুরীশিংগী অমাংবা কয়া থোকহনখি।

তশেংবদি মসি মখোয়না অরাং নোংপোকী মতাংদা খৃষ্টান নাগা, মিজো অমদি খাসি লুচিংবশিংগী পাওতাকপু হেন্না খাজরবদগী থোকপনি। খাঙ্গেশেংনা হায়রবদি অরাং নোংপোক্তা খৃষ্টানশিংদগী হিন্দুশিংনা মশিং য়ান্না হেল্লিবনি। অরাং নোংপোকী মতাংদা অচুম্বা পোল্লিসি য়াংপা ওন্নবা ভারতকী লুচিংবশিংনা অরাং নোংপোক অপুম্বগী রাজনিতি অমদি সমাজগী ইতিহাস নৈননবা ঐখোয়না পাউতাক পিনিংই। ভারত সরকারনা অরাং নোংপোকী মীওই কয়া কম থিনদোকপদা খৃষ্টানশিংদা হেন্না খুদোংচাবা পিবা উই। মীরৈবাক্তা ভারতকী এম্বাসাদর ওইনা অরাং নোংপোকগী প্রো: জি: জি: স্বেল, মেজর খটিংনচিংবা খৃষ্টানগী লুচিংবশিং খারম্বগী মহুত্তা মণিপুরদগী এম: কে: প্রিয়ব্রত, প্রো: নীলকান্ত, ত্রিপুরাগী নিংথৌ নত্রগা অসামগী হিন্দু লুচিংবশিং খারম্বনা হেন্না ভারতকা কান্নবগনি হায়বসি থাকে। ঐখোয়না জি: জি: স্বেল অমদি মেজর খটিংবু হুম্বনা খনবগী রাফম নত্তে। মখোয়না ভারত অপুম্বগী ওইবা কলচর অসি খৃষ্টান অমা ওইবদগী মুন্না খংদে মরম অসিনা মখোয়না ভারতকী এম্বাসাদর ওইহনা মীরৈবাক্তা লৈবদা ভারতকী অশেংবা ইমেজ প্রোজেক্ট তৌবা ওমদবতা নত্রনা মখোয়গী থম্মোয়দা ভারতকী মীহুং অমা ওইনা মুংওাইবা ফাওবা ওমখিদে। মেঘালয়দা পোকখিবা জি: জি: স্বেল মহাক্তা এম্বাসাদর ওইত্রিভেদা ১৯৭২ দা লোক সভাগী ডিপুটি স্পিকর ওইরিভেদা ঐহাক ইশামক্তা নিল্লিদা মহাক্তা উনখি। মতম অমুদা ঐহাক মণিপুর এসেমব্লীগী ইষ্টিমেতস কমিটিগী চেয়ারমেন ওইরম্মী। ঐহাক্তা মহাক্তা উনবা মতমদা মতম অমুগী মণিপুরগী এম: এল: এ:শিং মরুওইনা সি: পি: আই:গী লৈখিদ্রবা

শ্রীবীরা, শ্রীথাংখনলাল, শরৎনচিংবা য়াওখি। অরাং নোংপোক্কী চাওখৎপা পুরক্লবা লমদম অসিগী লুচিংবশিংনা পুম্না চৎমিন্নবগী দরকার লৈবা অহু মঙোন্দা ঐহাক্না কোংদোকখি। মহাক হৌ-জিকসু এমঃ পিঃ ওইরি। লাইবক থিবদি হৌখিবা চহী কয়া অগিদা মহাক্না অরাং নোংপোক অপুম্বগী হোৎনবগী মহুত্তা মেঘালয়াথক্তগী হোৎনহুনা লাকপা ঐখোয়না উথি। ১৯৯২ গী ভারতকী প্রেসি-দেন্টগী মীখলদা ডিঃ জিঃ স্বেল মীয়েপ অমা ওইরি। মহাক লোক সভাগী দিপুটি স্পিকর ওইবদগী ভারত অপুম্বদা মমিং লৈ-রবনি। অহুবু লাইবক থিবদি ভারতকী শিংথাবা য়াবা কম পাইরম্বা স্বেলগুম্বা মুপা অমনা হৌখিবা চহী ২০ লোমগী অরাং নোংপোক্কী অরুবা সমস্যাশিং অসি ৰোকহন্নবা হোৎনবদা দায়িত্ব অনন্ত্রা লৌথিদবা অসিনি। শ্রীস্বেলনা খৃষ্টান ধর্ম্মা লৌরম্বগী মচুত্তা ত্রিপুরী ত্রাইবেলশিংগুম্না হিন্দু ধর্ম্মা লৌরম্বদি মহাক ভারতপু হেন্না থংবা ভূমলমগনি অমসুং ভারতকীদমক অমদি অরাং নোং-পোক ভারতকীদমক হেন্না দায়িত্ব লৌরমগনি হায়বসি ঐহাক কন্না থাজৈ। মহাক্না খৃষ্টান ওইবদগী ইংলেন্দগী মতাংদা য়াম্না থংলম-গনি অহুবু অরাং নোংপোক ভারত অমদি থা নোংপোক এশিয়াগী মতাংদদি থংবা য়াৎলি। মরম অসিনা মহাকপু ভারত সরকারনা বর্ম্মাগী এম্বাস্যাদর ওইনা থাথিবা অহু অশোয়বা খোংথাংনি হায়-নিংই। মৈতৈ হিন্দু অমা বর্ম্মাগী এম্বাস্যাদর ওইনা থারম্বদা হেন্না ভারতকী ফরমগনি। ভারত সরকারনা বর্ম্মাদা হায়বদি ময়ানমারদা এম্বাস্যাদর থাবদা মতুংদদি খৃষ্টান থাদবা কৈ। মরমদি বর্ম্মাদা (ময়ানমারদা) খৃষ্টান লালহৌবশিং হায়বদি নাগা, কারেন অমদি চিন লালহৌবশিংগী সমস্যা চাওনা লৈবনা রেংগুন্দা লৈবা অমেরিকা, ইংলেন্দ অমদি ভারতকী খৃষ্টান এম্বাস্যাদরশিংনা লাল-হৌবশিংদা মতেং পাংই হায়বগী ময়ানমার সরকারনা চিংনবা লৈ।

১৯৬২ দা ভারতকী লাম্মী মাইথিবা পিছুনা চিনাগী লাম্মীনা অরুনাচল প্রদেশ অমদি অসামগী মফম কয়া লৌশিল্লকপা মতমদা প্রাইম মিনিষ্টর নেহরুনা অরাং নোংপোকপু বিদায় তৌখিবা অহু মহাক্না অরাং নোংপোক্কী ইতিহাস মুম্না থংদবদগী তৌথিবনি হায়না লৌনিংই। তশেংনা হায়রবদি অরাং নোংপোক্কী অসামি অমদি হিন্দু মৈতৈশিংনা কাশ্মীর অমদি উত্তর প্রদেশকী হিন্দুশিংদগী হেন্না ভারতকী থল্লি অমসুং ভারতপু খুংশি হায়বসি ইতিহাস নৈনরবদি খঙবা ঙমগনি। মহাক্না অরাং নোংপোক্কী চহী চা কয়াগী ইতিহাস খংলম্লবদি চিনাবু করি অমত্তা কিদনা শিংনবা ঙম্লমগদবনি। অরাং নোংপোক অসি ভারতকী লমনি হায়না নেহরুনা লৌবা ঙমখিদে ইরাক্কী সদাম হুসেন্না কল্লবা অমেরিকাবু লান্দা মথিল লৈনা শিংনবা ঙমখি। নেহরুনা মরৈবাক ভারত কম্লনবা চিনাবু শিংনবা ঙম-খিদে। নেহরুগী দিসকভরি ওফ ইন্দিয়াদা ইরিবশিং অহুদি উন্না কুপ্পা হিমালয় চিংদোনশিং, গঙ্গা অমদি সিন্ধু তুরেলশিংনা কোম্রিবা লমশিংতবু ভারতকী সভ্যতা লৈবা লমনি হায়না লোংচুপকী অপাবশিংদা উংনবা হোংনবা মাল্লি। অরাং নোংপোক্কা লৈরিবা সুর্মা তম্পাক, ব্রহ্মপুত্র তম্পাক অমদি মণিপুর তম্পাক্কা ভারত সভ্যতাগী অরুবা ইচেল কয়া চেল্লিনবসি মহাক্না উবা ঙমখিদে। নেহরুনা অসাম অমদি অরাং নোংপোক্কী লমশিং বাঁদায় তৌখিবা মতমদা ভারতকী লাম্মীনা, অরাং নোংপোক থাদোক্কুনা চেনখি। মতম অহুদা অসাম অমদি মণিপুরগী প্রজাশিংনা ভারতগী তোথায় তানবা হোংনখিদে। মখোয়না ভারত কম্লনবা চিনাগী মায়োক্কা ফিরেপ লৌখি। ১৯৬২ দা চিনাগা ভারতকা লান থেংনখিবদা নেহরুনা অরাং নোংপোক্কী মতাংদা শোয়খিবা তম্নুদা মতম অহুগী ভারতকী লুচিংবশিংনা করি অমত্তা হায়খিদবা অহুম্ অরাং নোং-পোক্কী প্রজাশিংনা কাউবা ঙমলোই।

ইন্দিরা গান্ধি, মোরারজি দেসাই, রাজিব গান্ধি অমদি ডিঃ পিঃ সিংহনা প্রাইম মিনিষ্টর ওইরিঙৈদা অরাং নোংপোক্কী রাজনিতিগী অমদি সমাজগী সমস্তা কয়া কোকহন্নবা হোৎনবদা ফেল ওইখিবা অহু অরাং নোংপোক্কী রাজনিতি অমদি সমাজগী ইতিহাস খংদবা মীওইশিংনা মখোয়দা পাওতাক পিখিবদগীনি। হৌখিবা চহী চা কয়াদা অরাং নোংপোক্কী ইতিহাসতা অসামী, ত্রিপুরীশিংদগী হেন্না মৈতৈনা অচৌবা থৌদাং লৌখি। মিজো অমদি নাগাশিংনা অরাং নোংপোক্কী রাজনিতিদা হৌগৎলকপদি চহী ১০০ কান্দ্রি। খাসি অমদি জয়ন্তিয়াগী ইতিহাস চহী চা খরগী লৈজরবসু মখোয়গীদগী মৈতৈগী ইতিহাসনা শাংবা অমদি শাফু কনবা হেন্নি। মৈতৈ নিংথৌশিংনা হিন্দু ওইদ্রবদগী বেঙ্গল, অসাম, ত্রিপুরা, বর্মা, অরাকান, চিতাগাং, সান, নেপালনচিংবা, লমশিংগা রাজনিতিগী মরি থম্মা ওমখি। বৃটিশনা ভারততা লাক্লবা মতমদা অরাংবা থাক্কী পান্ডনিতি শায়ন্নুনা গটিশকা খুংশারগা মৈতৈ নিংথৌশিংনা থা এশিয়া অমদি থা নোংপোক এশিয়াগী রাজনিতিদা থৌদাং লৌখি। মতম অহুদা নাগা অমদি মিজোশিংদি খুল্লাকপশিংনা সাসন তৌরম্মী অমসুং মখোয়গী রাজনিতিগী থাক থাংলমদে। মণিপুরনা নিংতম্লিঙৈদা মৈতৈ নিংথৌশিংগা অরাং নোংপোক্কা পান্নবা নিংথৌ অয়াম্বগা মরি লৈনরম্মী। ওসি কাওবদা কছারিশিংগা মৈতৈগা নক্লবা মরি লৈরিবা অসি হিন্দু ধর্মানা কাংলুপ অনিসি পুনবতা নত্তনা থাইনা মৈতৈ নিংথৌগী মচানুপী কুরঙ্গনয়নি কছারী নিংথৌদা থাওখিবা অহুদগীনি। মৈতৈ মচুপী কুরঙ্গনয়নিগী রারি অরাং নোংপোক্কী ইতিহাসতা মুমিৎনা থানা লৈরিবমখৈ লৈতোরগনি। চৌরজিৎ, মার্জিৎ অমদি গম্ভিরসিংহ কছারদা পান্নবা মৈতৈ নিংথৌশিংনি। মখোয়শিং অসিনা অরাং নোংপোক্কী ইতিহাসতা মফম চাওনা কল্লি। ভাগ্যচন্দ্র মহারাজ ত্রিপুরাদা, অসামদা, বেঙ্গলদা,

বাঙ্গলাদেশতা ওসি ফাওবা শিংথানরি বাঙ্গলাদেশতা অমদি অমাং নোংপোক্তা বাঙ্গালি মুস্লিম অমদি বাঙ্গালি হিন্দু লাক্লিরিঙৈদা সুর্মা তম্পাক, ব্রহ্মপুত্র তম্পাক, ত্রিপুরা, অরাকানচিংবদা হায়না হয়না পাল্লম্বা মৈতৈ হায়বা জাতি নমথবা য়ারোই। ভারতনা নিংতম্লবা মতুংদা চহী ২৫ হেন্না ভারত সরকারনা মৈতৈবু নমথবিখিবদগী ওসি মৈতৈনা হিরম করাদা অমাং নোংপোক্কী লুচিংবা ওইবা ঙমদ্রি। হৌখিবা ইতিহাস য়েংলুরগদি মৈতৈনা তুংদা অমাং নোংপোক্কী লুচিংবা ওইরকনি হায়বগী থাজবা লৈ। তুংদা মৈতৈনা অমাং নোংপোক্কী লুচিংবা ওইরকপা য়ানবা লম্বী য়াংসি হায়রবদি হৌজিক অমাং নোংপোক্তা লৈরিবা অসামা, খাসি, নাগা, মিজো, করবী-নচিংবা কাংলুপশিংগা য়েংনরবদা মৈতৈ হায়বা কাংলুপ অসি করি ফিভমদা লৈরিবগে হায়বসি নৈনবা দরকারনি।

১৯৩৭ তা হায়বদি ওসিদগী চহী ৫৫ গী মমাংদা মণিপুরদা হাইস্কুল অহুমথক্তা লৈরম্মী, কলেজ অমা ফাওবা লৈরমদে। হৌজিক্তি মণিপুরদা হাইস্কুল চা কয়া লৈরে অদুগা কলেজগী থাক্তা মহৈ মশিং তঙ্কম ৪০ হেন্না লৈরে অমসুং ইউনিভর্সিটি অমা লৈরে। হৌজিক মণিপুরদা মেদিকেল কলেজ অমা, এগ্রিকলচরেল কলেজ অমা, ইলেকট্রোনিক্স তেক্নোলোজিদা দিগ্রি ফাওবা তম্নবা সেন্তর অমা লৈরে। তশেংনা হায়রবদি মহৈ মশিং তম্বগী মতাংদদি মণি-পুরনা অমাং নোংপোক্তদি অসামগী মথংদা অদুগা ত্রিপুরা অমদি মেঘালয়গী মমাং থান্না চংলি হায়বা য়াই। নাগালেন্দ, মিজোরাম অমদি অরুনাচল প্রদেশতি মহৈ মশিং তম্বগী মতাংদা মণিপুরদগী য়াম্না শোংথরি। অসামদা ইউনিভর্সিটি অহুম লৈরে, মেঘালয়া অমদি ত্রিপুরাদা ইউনিভর্সিটি অমমম লৈরে। নাগালেন্দ, মিজো-রাম অমদি অরুনাচল প্রদেশতা ইউনিভর্সিটি লৈত্রি।

মণিপুর তম্পাক্তা হরা মুংশিং কবা, চাবা থকপা হাওবা অমদি

ফজবা কলচর লৈবদগী শোক ২০০০ গী মতুংদা ভারতকী অতৈ ষ্টেটশিংদগীদা নত্তনা মীরৈবাক্তগী ইস্কালদা মহৈ মশিং তম্বা মী কয়া লাকৃদৌরি। ২০০০ গী মতুংদদি ইস্কালনা গুরাহাটিদগী মহৈ মশিং তম্বগী মতাংদা মাংজিন থাগনি থাজে। এগ্রিকলচরেল সাইন্তিষ্ট, দাক্তর অমদি ইঞ্জিনিয়ার মশিং য়াম্না পুথোকপদা মৈতৈনা অরাং নোংপোক্কী নাগা, মিজো, খাসি অমদি বাঙালিদগী মাংজিন থারি অহুগা অসামিগী মথংদা লৈরি। হৌজিক্কী পৃথিবীগী চাওখৎপগী লমজেন্দা থোইগে হায়রবদি জাতি অমনা মশাগী অফবা সাইন্তিষ্ট টেক্নোলোজিষ্ট অমদি ইঞ্জিনিয়ার য়াম্না পুথোকপা তাবনি।

মৈতৈ মচাশিং অসি অফদা য়াম্না হৈনৈ। মসিনা তাকইবদি মৈতৈশিং অসি হোৎনরবদি জিউশিংগুম্না নোংমদি পৃথিবীগী সাইন্সতা মাংডিন থাবা ঙম্মনি হায়বনিনি। পৃথিবীগী অফাওবা ইকোনো- মিষ্ট অয়াম্বা অফগী বেকগ্রাওন্দ লৈনৈ। মরম অসিনা মৈতৈ মচাশিং অসি ভারতকী অফাওবা ইকোনোমিষ্ট কয়া ওইরকপা য়াই। অরাংবা থাক্কী ইঞ্জিনিয়ারিং অমদি ফিজিক্সনচিংবা সাইন্সকী সবজেক্ট কয়া তম্বদা অরাংবা থাক্কী অফ চংই। মিসাইল শাবদা, রোকেৎ শাবদা, কার শাবদা, এরোপ্লেন শাবদা, জহাজ শাবদা, দাম শাবদা টেলিভিজন ট্রান্সমিটর শাবদা অমদি ইলেকট্রিক পবার প্লান্ট শাবদা শিজিন্নরিবা অফশিং অসি অফগী পোষ্টগ্রেজুয়েৎ কোর্স অমদি মহুদগী হেন্না রাংবা কোর্সশিংদা তম্বা অফ ঙাক্তনি।

পৃথিবীদা অমেরিকানা মিলিটরি সুপর পবার ওইরিবা অসি লৈবাক অসিগী মেথমেটিসিয়ানশিংগী দান য়াম্না চাওনা য়াওই। মরম অসিনা ওসিসু অমেরিকাদা অফবা অফ হৈবা মীওই কয়া পুথোক্লবা শেল য়াম্না থাদরি। স্পেস সাইন্স, মিলিটরি সাইন্স, নিউক্লিয়ার সাইন্স, রোবোটিক্স অমদি কম্প্যুটর ইঞ্জিনিয়ারিংদা অরাংবা থাক্কী অফগী ব্রেন য়াম্না দরকার ওই। মত্রাজদা তৌবগুম্না

ইম্ফালদসু অরাংবা থাকী অক্ত তন্নবা অমদি ৷ছার্চ তৌনবা ভারত সরকারগী ইন্সটিট্যুত অমা লিংখৎপদা মৈতৈ মচাশিংগী মরক্তগী পৃথিবীদা শিংথাবা য়াবা অহুগী ব্রেন থরা পুথোকপা ঙমগনি। মথোয়না ভারতকী মিলিটরি সাইন্সতা দান য়াম্না তৌবা ঙমগনি।

আইঃ এঃ এসঃ ফংবগী মভাংদসু মৈতৈ মচাশিং অমি লাক-লিবা চহী থরদা মাইপাকপা য়াম্না য়াওনরগনি। তৌবহদি মণিপুর সরকারনা চহী খুদিংগী অফবা ছাত্রশিং থনকৎলগা স্কোলার্সিপ চাওনা পিজুনা হোৎনহনবা তাবনি। অরাং নোংপোক্কী ওইনা জর্নেলিজমদা ইম্ফালনা গুৱাহাটিগী মথংদা চেল্লি। ইম্ফালদা অফবা মৈতৈরোলদা অমদি ইংরেজিদা ফোংবা খবর থরা দরকার ওইরে। মহুগী মাইকৈদা মৈতৈমচাশিংনা হোৎনহল্লিংই। হৌজিক ইলেক-ত্রোনিক মেল অমি ফেক্স সার্ভিসকী ফেসিলিটি লৈরবনিদা ইম্ফালদা খবর ফোংবদা নেসনেল অমদি ইন্তরনেসনেল নিউজ কয়া য়াওহনবা য়ারগনি। ইন্দস্ত্রি অমদি কারবারদা শোক ২০০০গী মতুংদা মৈতৈনা অরাং নোংপোক্কী ওইনা বাঙ্গালি অমদি অসামিদগী হেন-কৎপা ঙমগনি হায়রবনি উবা ফংই। ত্রিপুরাদা অসামগী মফম কয়াদা, মৈতৈ মশিং য়াম্না খুন্দাবা অমিনা মৈতৈশিংনা শিলচর, অগরতলা, গুৱাহাটি, দিব্রুগরনচিংবা মফমশিংদা কারবার তৌবদা খুদোং চাই। মণিপুরদা লৈরিবা বাঙ্গালি মশিংলগী কছারদা লৈবা মৈতৈ মশিংনা য়াম্না হেল্লি। রাজনিতিদসু মৈতৈ মচাশিং অমিনা হোৎনরবদি মেঘালয়া অমদি অসামগী মীওইশিংদগী চহী ১০ রোমগী মতুংদা মাংজিন থাবা ঙমগনি। হৌজিক কাওবদি শিল্লিদা মেঘালয়া, ত্রিপুরা অমদি অসামগী রাজনিতিরালাশিংনা মৈতৈ রাজনিতিরালাশিংদগী মাংজিন থারি। আর্ট এন্দ কলচরদা, শাম্না খোংনবগী জগতা, মৈতৈ মচাশিং অরাং নোংপোক্তা মাংজিন থারি হায়রবা য়াই, সাহিত্যদসু চহী থরগী মতুংদা মৈতৈ মচাশিংনা অরাং

নোংপোক্কী লূচিংবা ওইবা ওয়্নগনি। অমবু ওইরে অমবু ওইরে মৈতৈমচাশিং অসি থিংবদি ওয়োইদৌরি। মৈতৈমচাশিংনা থবক অয়াম্বদা চহী তরামুক্কী মমুংদা অরাং নোংপোক্কী লূচিংবা ওইরক-পা হাপ্নবিদি শোয়রে।

# মৈতৈনা ভারতকী লুচিংবা ওইনবগী মচাক মৈতৈ কলচরদা য়াওরি

জাতি অমগী মীওইশিংগী মগুন খংগে হায়রবদি জাতি অদুগী কলচর নৈনবা দরকার ওই। মৈতৈ মচাশিংদা ভারতকী লুচিংবা ওইরকপা য়াবগী মচাকশিং অমদি মগুনশিং য়াওরা হায়বসি যেংবা তারবদি মৈতৈগী কলচর নৈনগদবনি। লোয়ননা মৈতৈগী কলচরগা ভারতকী অতৈ কাংলুপশিংগী কলচরশিংগা চাংদমনবা য়েংবসু দরকারনি। মৈতৈ অমদি ভারতকী অতৈ কাংলুপশিংগী কলচরশিং নৈনরিবৈদা মৌলিক ভারত অপুনবগী ওইবা অনৌবা কলচরেল পোলিসি অমা লাকপা য়াবগী থিজন অমা লৈরিবসি হায়না নৈনবদা কায়গনি।

২১ শুবা শতাব্দি নকশিল্লকপগা লোয়ননা ভারত অসি এশিয়া মহাদেশ অমদি পৃথিবীগী রাজনিতিদা হেন্না চাওবা অমুক্তা খোকথিরিবা মওংদা থৌদাং লৌরকদৌরি হায়বসি ঐখোয়না উবা ফংই। ভারতনা এশিয়া অমদি পৃথিবীগী লৈবাকশিংগী মরক্তা লুচিংবা অমা ওইনা ইনথংলকপা মতমদা মশাগী কলচরসু হোংলকপা তাবনি। লোয়ননা ভারতকা অতোপ্পা লৈবাকশিংগা লৈনরিবা কলচরগী মরিসু হোংলকদৌরি। থিজমশিং অসিদা ভারতকী কলচরগী লুচিংবশিংনা ২১ শুবা শতাব্দিগা চায়নবা কলচরগী পোলিসি অমগী মতাংদা নৈনবা হৌরক্লগনি হায়বগী থাজবা লৈরে। ভারতকী কলচর হোংলকদৌরিবা অসি তশেংনা

হায়রবদি এশিয়া মহাদেশকী ওইনা ধর্মগী অহোংবা লাকদৌরিবা অসিগা মরি য়ায়া লৈনগনি। সোভিয়েৎ ইউনিয়ন কায়থ্রবা মতুংদা এশিয়া মহাদেশতা ধর্মগী অমদি কলচরগী অহোংবা অমা লাকপা উই। সোভিয়েৎ ইউনিয়ন্দা হায়া য়াওরম্বা সেন্ত্রেল এসিয়াগী মুস্লিম লৈবাকশিংদা টুর্কি, পাকিস্টান, ইরানচিংবা লৈবাকশিংগী ইথিলদগী ইস্লামিক ফন্দামেন্তেলিজমগী ইহৌ লাকপা উরে। মসিদগী মরাইথংবা এশিয়া, খা নোংপোক এশিয়া অমদি খা এশিয়াদা লৈরিবা মুস্লিমশিংনা খুন্দাবা লমশিংদা ইস্লামগী ইহৌ কনথংলকুনা লমশিং অসিগী কলচরদা অমদি রাজনিতিদা অহোংবা কয়া লাকদৌরি। ভারত অমদি চিনাগা য়ুমলোন্নরিবা আফগানিষ্টানস্থ মুস্লিম ফন্দামেন্তেলিজম কনথংলকপদগী ভারতকী কাশ্মীর অমদি চিনাগী মুস্লিমনা মেজোরিটি ওইরিবা সিংকিয়াং প্রোভিন্সতা মুস্লিমশিংগী তোথায় ভাবগী ইহৌ হায়দগী কনথংলকনি। পাকিস্টান অমদি আফগানিষ্টান্দা ইস্লামিক ফন্দামেন্তেলিজম কনথংলকপদগী অরাং ভারত অমদি নোংচুপ ভারতা লৈরিবা মুস্লিমশিংগী মরক্তা অহোংবা লাকপা উই। কম্যুনিষ্ট চিনাদা হৌজিক বুধিজমগী ইহৌ লাকপা উই। মোঙ্গোলিয়া, কোরিয়া, জপান, থাইলেন্দ, বর্ম্মা, নেপাল, লাউজ, কম্বোদিয়া অমদি ভিয়েৎনামদস্থ বৌধ ধর্মগী ইহৌ কনথংলক্লি। ভারতস্থ বুধিজম হেন্না পাম্নরকপগুম তৌই। অমেরিকা অমদি ইউরোপস্থ জপানদোমদগী লাকপা জেন বুধিজম পাম্নরকপগুম তৌই। ভারত উপমহাদেশতা পোকখিবা অথোইবা মুপা গৌতম বুধগী পাওতাক ২১ শুবা শতাব্দিদা মালেমগী ওইনা য়াম্না চাননরকপা ওইগনি হায়বনি থাজে। অমেরিকা অমদি ইউরোপকী মীওইশিংনা গৌতম বুধগী পুন্সিদা য়ুক্ষম ওইবা ফিব্ম কয়া পুথোক্রবা হৌজিক হোৎনরি। ফিবমশিং অসি পৃথিবীগী মকম করাদা পাকশন্না উৎলকপা মতমদা এশিয়া মহাদেশ অমদি

পৃথিবীগী অভৈ মকমশিংদা কলচরগী অহোংবা লাকপগী ওই-থোকপা লৈ। হৌজিক এশিয়া মহাদেশতা লাক্লিবা কলচরগী মাওন অসিদা ভারতনা এশিয়াগী লুচিংবা ওইরকপগী ওইথোকপা লৈরে। ভারতনা নোংচুপ এশিয়াগী মুস্লিম লৈবাকশিংদগী লাপ-থোরক্লগা খা নোংপোক এশিয়াগী লৈবাকশিংগা নকশিন্নরকপদগী ভারত্তা অচৌবা কলচরগী অহোংবা অমা লাক্কদৌরি। কলচরগী অহোংবা অসিনা ভারতকী হিন্দু অমদি মুস্লিমশিংদা শাকু কয়া পিরকনি। মচুনা মরম ওইচুনা ভারতকী হিন্দু ধর্মাদা অচৌবা অহোংবা লাক্কনি অমসুং হিন্দু ধর্মাগা বুধ ধর্মাগা নকশিন্নরক্‌নে। অদুগা ভারতকী মুস্লিমশিং অসি পাকিস্টান, আফগানিস্টান অমদি নোংচুপ এশিয়াগী মুস্লিম লৈবাকশিংদগী লাপথোংক্লগা বাঙ্গলাদেশ মালেসিয়া অমদি ইন্দোনেসিয়াগী মুস্লিমশিংগা নকশিন্নরকনি। মথক্তা লৈনখিবা ফিভমশিং অসি য়েংলগা ভারতকী কলচরগী লুচিং-বশিংনা ভারতকী অনৌবা কলচরগী পোলিসি অমা ২১ শুবা শতাব্দিগীদমক শেম্বা দরকার ওই।

জপান, খা চিনা, থাইলেন্দ, ময়ানমারনচিংবদা বৌধ ধর্মা কনখৎলকপা অসিদগী অরাং নোংপোক ভারতকী সমাজদা অমদি রাজনিতিদা অহোংবা লাকনি হায়বগী থাজবা পোকই। অরাং নোংপোক ভারত্তা বৌধ ধর্মা চৎপা মীওই মশিং য়াম্না লৈ। মখোয়না অরাং নোংপোক্কী সমাজদা অহোংবা পুরক্লবা থৌদাং লৌরক্কনি। অরাং নোংপোক্তা লৈরিবা হিন্দুশিং অসিসু কনখৎ-লকনি অমসুং মখোয়গা বৌধ ধর্মা চৎপা কাংবুগা নকশিন্নরক্কনি। বর্মা অমদি খা চিনাগী ইথিলদগী নাগালেন্দ, মণিপুর অমদি মি-জোরামগী ট্রাইবেলশিং খৃষ্টান ধর্মা থাদোক্লগা বৌধ ধর্মা লৌরকপা য়াই। নাগা অমদি মিজো মশিং য়াম্না মৈতৈ হিন্দু-শিংদগী হিন্দু ধর্মা লৌরকপা য়াই। তশেংনা হায়রবদি ভারতকা

থা নোংপোক এশিয়াগা নকশিল্লরকপা অসিদগী অরাং নোংপোক ভারত্তা হিন্দু ধর্ম্মা অমদি বৌধ ধর্ম্মা কনখৎলক্কদৌরি খৃষ্টান ধর্ম্মা শোনখৎরক্লগনি হায়বসি উবা ফংই। ২১ শুবা শতাব্দি হৌগৎলক-পদা নাগালেন্দগী নাগাশিং, মিজোরামগী মিজোশিং অমদি মেঘাল-য়াগী খাসি অমদি জয়ন্তিয়াশিং মশিং য়াম্না হিন্দুগী লাই কৃষ্ণ লাংনরগনি। নাগালেন্দ, মিজোরাম অমদি মেঘালয়াদা হিন্দু ধর্ম্মা শন্দোক্লবা থৌরাং কয়া লৈরে। মণিপুরদা করুই খরদি হিন্দুগী লাই মহাদেব লাংপা য়াওরে। মিজোরামদা হৌজিক হিন্দু ধর্ম্মা চংপা ত্রাইবেল লিশিং কয়া লৈরে। হৌখিবা থা খরদা মণিপুর তম্পাক্কুম্হ মৈতৈ সনামহিশিং হিন্দু ধর্ম্মা লৌবা য়াওনরে। অরাং নোংপোক্তা ধর্ম্মা অমদি কলচরগী অহোংবা লাকপা অসিদগী ভারতগী তোথাম তাংবগী ইহৌ শোন্নরগনি। হৌজিক ভারত্তা হোংলক্লিবা রাজনিতি অমদি কলচরগী খুদোংচাবা লৌহনা মৈতৈনা মশাগী কলচর শিডিমহনা ভারতকী সমাজদা লুচিংবা ওইরক্লবগী পোনম য়াংপা দরকারনি। ভারতকী ওইবা অনৌবা কলচরগী পোলিসি অমা থোরক্কদৌরিবা অসিদগী মৈতৈনা খুদোংচাবা লৌবা য়ানবা মৈতৈগী অনৌবা কলচরগী পোলিসি অমা শেম্মনু দরকারনি। মৈতৈগী কলচর য়াম্না ইনাক খুল্লি হায়রবসি পৃথিবীনা থংলবনি। অদুবু মৈতৈগী কলচরগী তোঙান তোঙানবা মচলশিং অসিগী অর্থ নৌহৌননা পিবন্থু দরকারনি। মৈতৈনা ভারতকী লুচিংবা ওইনবগী মচাকশিং মৈতৈ কলচরদা য়াওরি হায়রবসি মৈতৈ কলচরগী তোঙান তোঙানবা মচলশিং অমদি ইতিহাস নৈনরবদি থংবা ওমগনি। মৈতৈ হিন্দুশিংনা চৎলিবা হিন্দু ধর্ম্মা মখল মৈতৈ পাঙলশিংনা লৌরিবা ইস্লাম মখল মৈতৈ কলচরগী মচলশিংনি। মৈতৈ লোল অমদি মৈতৈগী ইতিহাসকী মতাংদা খরদং নৈনহনা য়েংসি। মৈতৈ লোল য়াম্না ইনাকখুনবা লোল্নি।

লোল অসিদা অতোপ্পা জাতিশিংগী লোলশিংদগী ৱাহৈ কয়া য়াওবা থেংনৈ। মৈতৈ লোলদা য়াওরিবা ৱাহৈশিং হায়বদি সনা, লাই, চাক, শাবী, শানৌ অমদি দোলাই হায়বা ৱাহৈশিং অসি আরবী অমদি উর্দ্দুদগী লাকপনি। মথোক্তপা অর্থ য়ান্নবা আরবী অমদি উর্দ্দুগী ৱাহৈশিংসি সোনা, অল্লা, চাওল, শহির, শেহনাজ অমদি দোল্লিনি। মৈতৈরোলদা য়াওরিব, কুৎপা অমদি তুম্বা হায়বা ৱাহৈশিংসি পারসিয়ান লোলদগী লাকপনি। মতাং অসিদা নৈনবা য়াবা ৱাফম অমনা হিন্দি লোলগী মমা ওইরিবা ভারতকী সংস্কৃত লোল অসি তশেংনা হায়ববদি চহী লিশিং থরগী মমাংদা ইউরোপ অমদি নোংচুপ এশিয়ারোমদগী লাকখিবা লোল্লি হান্না ভাবত্তা লৈ-রমদে। মরম অসিননি সংস্কৃত লোলগা আরবী অমদি পারসিয়ান লোলশিংগা য়ান্নবা য়াম্না লৈসিবসি। সংস্কৃত লোলগা ইউরোপকী লোল খরগম্ মকদা য়াম্না য়ান্নবা য়াওই। সংস্কৃতকী ৱাহৈ খরম্ জপানগী লোলদা চংখিবা থেংনৈ। জেন বুধিজম হায়বা ৱাহৈ অসিসিগী অহানবা অসি জপান লোলগী ৱাহৈনি। সংস্কৃতকী ধ্যান হায়বা ৱহৈ অসি চিনাদা য়োবা মতমদা চিনা মচাশিংনা হায়বা থোক্কবদগী চেন হায়খি। চিনাদগী জপান্দা বৌধ ধর্ম্মা শন্দোকপা মতমদা চেন হায়বা ৱাহৈ অসি জপান্দা য়ৌখি অমসুং চেন্দগী থৈথরক্কুনা জেন হায়না জপান লোলগী ৱাহৈ ওইখি। কলম, কবি, ঈশ্বর হায়বনচিংবা সংস্কৃতকী ৱাহৈ কয়া মৈতৈরোলদা য়াওরি। রামাদোং হায়বা ৱাহৈ অসি অরাকান্দা লৈবা মফম অমগী মমিংনি। ৱাহৈ অসিদা য়াওরিবা রাম হায়বসি হিন্দুগী লাই রামদগী লাকপনি। অরাকানগী মীওইশিংনা চিংবু দোং কৌই। রামগী লাইশং লৈবা চিং অমবু রামাদোং হায়না কৌখিবনি। অরাকান্দা হান্না লৈরম্বা মৈতৈশিংনা হৌজিক বিষেনপুর নম্রগা লমাংদোং কৌরিবা মফম অসিদা ইহান হান্না খুন্দারকপা মতমদা মফম অসি রামাদোং হায়না

মনিং থোল্লম্মী ময়মদি মফম অসিগী অতোংবা মফম অমদা রামগী লাইশং মৈতৈশিংনা শারম্মী। রামাদোংদগী থৈথরক্কনা মফম অসি লমাংদোং হায়না কৌখিনি। মৈতৈগী কাংচিংবা হায়বা রাহৈ অসিদা য়াওরিবা কাং হায়বসি অরাকানিজ অমদি চকমা মরোলদা লাইশং হায়বনি। কাং চিংবা হায়বদি লাইশং চিংবা হায়বনি। মৈতৈগী কংলা হায়বা রাহৈ অসি অরাকানিজ লোলগী কাং অমদি লা নত্রগা লম হায়বা রাহৈশিংদগী শেমখিবনি। কাংলাদগী কংলা হায়না থৈথরকপনি। কংলাগী অর্থদি লাইশং লৈবা মফম হায়বনি। মৈতৈরোল টিবেতো-বর্ম্মন লোল কাংলুপতা য়াওবা লোলনি। অদুবু টিবেতো বর্ম্মন লোল কাংলুপতা সংস্কৃত, আরবী, টামিলন-চিংবা লোলশিংদগী রাহৈ কয়া চুপশিনখ্রে হায়বসিস্থ চুমই। মৈতৈ-লোলদা য়াওরিবা ইশৈ হায়বা রাহৈ অসি টামিল লোলদগী কয়া লাকখিবনো হায়বসি নৈনহুনা য়েংসি। অরাকানগী ইতিহাস নৈনবদা থংবা ওমলে মহুদি খৃষ্টনা পোক্রিদ্রৈঙদগী হৌনা চিনা, ইন্দোনেসিয়া শ্রীলংকা টামিলনাহুনচিংবা লৈবাকশিংগা অরাকানগা সমুদ্রগী লম্বীদা ললোন ইথিক তৌরম্মী। অরাকান্দা থোকপা চেং টামিলশিংনা অরাকান্দগী লোয়গা টামিল নাহুদা য়োল্লমই। খৃষ্টনা পোক্রিদ্রৈঙদা টামিলশিং অরাকান্দা লাক্নুনা খুন্দাবা য়াওখি। টামিল লোলদগী রাহৈ কয়া অরাকান্দা লৈবা মীওইশিংগী লোলদা চুপশিনখিবা হায়বসি মশানা তাবনি। মৈতৈলোলদা ঈশৈ হায়বা রাহৈ লাকখিবা অসি অরাকানিজ লোলদগী লাকখিবা ওইরম্বা য়াই, মৈতৈলোলদা যাওরিবা ঈশৈ হায়বা রাহৈ অসিগী অর্থগা টামিল লোলগী ঈশৈগা অর্থ চপ মান্নে। ৭ শুবা শতাব্দদা আরব লৈ-বাকশিংদগী লাক্নুনা মুস্লিম ললোনবা কাংবু থম্না অরাকান্দা খুন্দাখি। মখোয়দগী রাহৈ কয়া পুক্নুনা অরাকানিজ লোল হেক্না ইনাকখুনবা ওইখি। মৈতৈরোল, চকমা লোল, কছারি লোল,

খাগি লোল, ত্রিপুরী লোল, অমদি মিতৈ লোলদা আরবীগী বাহৈ কয়া থৈরগা য়াওবা থেংনখিবসি অরাকানিজ লোলদগী লাংথিবা ওইরবা য়াই। অরাকানিজ লোলগা অবাং নোংপোক ভারতকী কাংলুপ কয়াগী লোলশিংগা য়াম্না মান্নৈ। মনিগী মতাংদা রিচার্ড তৌবদা অবাং নোংপোক্তা লৈরিবা কাংলুপ কয়াগী হৌরকফমগী মতাংদা মঙাল ফংবা ঙমগনি।

হৌজিক পৃথিবীদা শাম্নরিবা শগোল কাংজৈ মথল অসি মৈতৈনা পুংথোকখিবনি হায়বসিদি য়ানরবা য়াকমনি। তৌবতদি হৌজিক শাম্নরিবা মশাম্না অসিগা থরা থেম্নবা শগোল কাংজৈ খুৎশাম্না থরা চিনা অমদি আরবকী লৈবাকশিংদা মৈতৈনা শগোল কাংজৈ শাম্নরিবদা শাম্নরম্মী হায়রি। মৈতৈনা শগোল কাংজৈ হৈদোকখিবসি মণিপুর তম্পাক্তদি ওইরম্লোই মরমদি ওদিনগী চহী ৫০০ গী মমাংদা মণিপুর তম্পাক তপুম্বা লোক্তাক পাংকী মখাদা লৈরম্মী। অরাকানগী সমুদ্র থোংবান্দা লৈরিবদা মৈতৈনা হৌজিক শাম্নরিবা শগোল কাংজৈ মথল অসি হৌদোকরম্বা য়াই। অমনা মৈতৈগী লাই হরাওবদা লাইরেম্বী অমদি লাইনিংথৌনা শগোল তোংবগী অমদি লাই মযাম্না শগোল কাংজৈ শাম্নবগী য়ারিশিং য়াওই। মৈতৈনা শগোল কাংজৈ ইহান হাম্না শাম্নখিবা মফম হায়বদি অরাকানগী তম্পাকী লমদা লাই হরাওবা হৌদোকখি হায়বদা হেন্না প্রমান চাই। মণিপুরদা লৈরিবা উমং লাইগী খুভমশিং অসিদি মৈতৈনা হিন্দু ধর্ম্মা লৌরবা মতুংদা লিংথংখিবনি। হৌজিক মণিপুর তম্পাক্কী মফমশিংদা লাই হরাওবদা উৎলিবা লাই খুরুম্বগী মওংশিং, ভগোইশিং, হরাওবদা শরুক য়ানরিবা মীওইশিংগী ফিজংশিং অসি হিন্দু ধর্ম্মাগী মমাংগী কলচর নত্তে। মণিপুর তম্পাক্তা লৈরিবা মৈতৈগী উমং লাইগী খুভমশিং অসি চহী ৪০০ ডবা অমত্তা য়াওদ্রি। মৈতৈনা হিন্দু ধর্ম্মা লৌদ্রিঙৈ হায়বদি

মৈতৈনা অরাকান্দা লৈরিঙৈদা উমং লাই হুরাওবগী মওং করি ওইরম্মী হায়রবগী মঙাংদা রিছার্চ তৌবদা কাল্লগনি। মৈতৈনা হিন্দু ধর্ম্ম লৌখিঙৈদা চৎনরম্বা লাই হুরাওবগী মওংগী মতাংদা মুংদা হকপা নত্রগা চকুপা য়েকপনচিংবা অমত্তা থেংনদ্রে। মৈতৈনা হিন্দু ওইরবা মতুং কাইনখংদা ১৪ শুবা শতাব্দিদা মণি-পুরদা লাক্কুনা খুন্দারকখি। মরম অসিনা মহাভারতকী মতমদা আর্জ্জুনা মণিপুরদা লাক্লগা মৈতৈ নিংথৌ মচানুপী চিত্রাংগদা লুহোংহনা বভ্রুবাহন পোকখি হায়বা ৱারি অসিসু থোকখিবা নত্তে। মসি শেমজিন শাজিনবা ৱারিনি। মরমসি মহাভারতকী মতমদা মণিপুরদা মৈতৈ খুন্দাদ্রি। মৈতৈনা ইরাৎ থৌনিবদা হি মচা কয়া শিশিন্নরিবসিনা মৈতৈশিং সমুদ্র খোংবান্দগী হৌরকপনি তাক্লি।

পাখঙবা হায়বা মৈতৈ ইপা ইপুগী লাই অসিসি হিন্দু মৈতৈ অমসি সনামহি মৈতৈ অনিমক্কা ইরাং পুজা তৌই। হিন্দু মৈতৈ-শিংসু উমং লাই খুদিংমক পুজা তৌই। সনামহিসু হিন্দু মৈতৈ-শিংগী য়ুম খুদিংমক্কা লাংলি। পাখঙবগী খুডম মোরে, কবো তম্পাক, সিলহত, অগরতলা, কছার, হোজাই, গৌহাটি, সিবসা-গরনচিংবদা লৈরি। নোংচুপ বেঙ্গল, উত্তর প্রদেশ অমসি দিল্লিগী মৈতৈনা খুন্দাবা লমশিংদা পাখঙবগী খুডম শেমগৎপা য়াই। মতুনা মৈতৈগী কলচর শেমগৎপদা মতেং ওইগনি। মৈতৈ মচা-শিংগী মরক্তা খৃষ্টান ধর্ম্ম লৌবা মীওই কয়া য়াওরে। মথোয়সু মৈতৈ কলচর হেন্না ইনাক খুনহন্নবা হোৎনবদা মতেং পাংলি। মৈতৈগী কলচর শেমগৎপদা মৈতৈ পাঙলশিংগী অচৌবা দান লৈখি। বাঙ্গলাদেশ, অসাম অমসি মণিপুরগী মকম কয়াদা চহী চা কয়াদগী মৈতৈ পাঙলগা মৈতৈগা পুন্না খুন্দানিন্নরক্লি। চহী ৬০০ লোমগী মমাংদা মৈতৈ হিন্দুশিং অমসি মৈতৈ পাঙলশিং বাঙ্গলাদেশকী সিলহটতা পুন্না লৈমিন্নরম্বদগী কছারদা খুল

হোৎলকথিবগী বারি লৈরি।

চহী থরগী মমাংদা মণিপুরগী মৈতৈ নহারোলশিংগী রাথলদা হিন্দু ধর্ম্মা অমদি হিন্দু কলচর থাদোকপিংবা লৈরম্বা অহু হৌজিক্কি লৈরে। মৈতৈ মুপীশিংগী মরক্তা মরুওইনা লৈশাবীশিংগী মরক্তা হিন্দুগী কলচর হৌজিক যাম্না কন্না পাম্নরকপগী খুদম উবা ফংই। মতম অমদা মৈতৈ লৈশাবীশিং মৈতৈরোলদা তোম্বী, চাওবী, থোইবী, চিগোংলৈ, থম্বাল, ইবেমহল, থোইম্বু, পেম্বু, পেন্মা, থরো হায়না মমিং থোম্মগন্নী। অদুবু হৌজিক্কি মৈতৈ লৈশাবীশিং অসি সংস্কৃত নত্রগা হিন্দি লোলদা কুঞ্জরাণী, রাধে, জিবন-লতা, অনিতা, কুমারী, চন্দ্রশশি, কমিনি, শান্তা, বালা, গম্ভিনী, বিনোদিনি, রোমা হায়না মিং থোম্মরে। মৈতৈ পাথংশিং অসিসু অমাম্বনা মৈতৈরোলদা মিং থোনবা তোক্লুনা সংস্কৃত নত্রগা হিন্দি লোলনা মিং থোম্মরে। হৌজিক মৈতৈ সমাজদা হিন্দু ধর্ম্মা অমুক কনখৎলকপা হাবগী ফিভম লৈরে। মৈতৈশিংগী মরক্তা বুধ দেবগী পাওতাক পাম্নবকপা য়াওবে। মণিপুরদা লাক্লিবা চহিশিংদা বুধ ধর্ম্মাগী শাক্ কনখৎলকপা য়াই।

মৈতৈ কলচরদা মথন নথেল য়ম্না য়াওই। মৈতৈ ডগোই, ঈশৈ অমদি মার্সিয়েল আর্টস হোপ শোম্বা মগুন লৈরে। মৈতৈগী মুক্না, থাং-তা, শরিৎ-শরাৎ চিংদগী তাদে। থা এশিয়া অমদি থা নোংপোক এশিয়াগী হোৎলবলিবা কলচরগী সিন অমি য়েংলুবগদি মণিপুর অমি এশিয়া মহাদেশকা ওইনা মরুওইবা কলচরগী সেন্তর অমা য়াম্না থুনা ওইরক্লগনি হায়বগী থাজবা লৈ। অমিত্তবা কলচরগী মরুওইবা মকম অমা ওইনিবা মণিপুরগী মৈতৈ মচাশিংনা শোক ২০০০ গী মতুং অহুবাইদা ভারতকী কলচরগী লুচিংবা ওই-বতা নত্তনা রাজনিতিগী লুচিংবা ওইরকপদা ঙম্মা থোক্লোই। বাঙ্গালি শিংনা নিংতম্বা ভারতকী লুচিংবা ওইবা ঙমলোই। মণিগী

মরম খরা লৈ। অহানবদা মখোয়দা কলচরগী দায়িত্ব রাংলি।

ভারত অপুম্বগী অনৌবা কলচর অমা পুথোক্লবা বাঙ্গালিশিংনা গোংনদদসি মখোয়গী দা য়ত্ন রাংপদগীনি ভারতকী ওইবা অনৌবা মতমগা চানবা কলচর অমা শেমগংনবগী মাইকৈদা মৈতৈশিংনা পুক্লিং চংবা দরকার ওইরে। ইংলেন্দা লৈগ্রবা বাঙ্গালি ইনতেলেকচুয়েল নিরাদ সিঃ চৌধুরিগী মোংতা ভারত্তা লৈরিবা বাঙ্গালি জাতি অসি নোংমা নোংমগী শোম্বরক্লি। বাঙ্গালিশিংগী কলচরদা অশোয়বা কয়া লৈবদগী মখোয় শোম্বরকপনি। নিরাদ সিঃ চৌধুরিনা বাঙ্গালিশিংগী মতাংদা পিরিবা মোং অসি চুমই হায়না খল্লি। রবিন্দ্রনাথ ঠাকুর অমদি নেতাজি সুভাষচন্দ্র বোস পুথোকখিবা বাঙ্গালি জাতি অসি শোম্বরকপগী মরম য়ারা লৈ।

বৃটিশনা ভারত্তা পাল্লিয়ৈদা বাঙ্গালিশিং অসি হিরম কয়াদা ভারতকী লুচিংবা ওইরম্মী। ভারত নিংতমখ্রিবৈদা বাঙ্গালিশিংনা সাহিত্যদা, কলচরদা, সাইন্সতা অমদি রাজনিতিদা ভারতকী লুচিংবা ওইরম্মী। অহুম্ভ ভনিদি বাঙ্গালিশিং অসি অম্মুম অম্মুম শোম্বরক্লুনা হিরম অয়াম্বদা গুজরাট, মহারাষ্ট্রা, হরিয়ানা অমদি উত্তর প্রদেশকী মীওইশিংগী মতুংদা লৈরে। নিংতম্বা ভারতকী লুচিংবশিং মরুওইনা গান্ধি অমদি নেহরুনা বেঙ্গলগী লুচিংবশিং নমথখিবদগী বাঙ্গালিশিং শোনথবা হৌখি। লোয়ননা কলকত্তা অমদি নোংচুপ বেঙ্গলগী মফম কয়াদা বাঙ্গলাদেশতগী রিফ্যুজি লাক্ষ কয়া হায়জিনলকখিবা অহুনশু বেঙ্গলগী সমাজ অমদি কলচরদা চৈথেং পিখি। বাঙ্গালশিংনা শোম্বরকপগী মরম অমদি মখোয়গী কলচর অসি মতমগা চানদবা ওইরকপা অসিনি। জাতি অমা কনথংহনবা হায়বসি জাতি অদুগী কলচরগা মরি লৈনৈ। জপান্দা শিনতোইজমগা বুদ্ধিজমগা চিন্নরগা জপানগী কলচর উইহনবিবা অহুনা ভনি জপানা কারবারদা ইন্দস্ত্রিদা, টেক্নোলোজিদা, স্পোর্টস্তা

পৃথিবীদা মাংজিন থাবা ঙম্মিবনি। চিনাদা কনফুসিয়াসিজম অমদি বুধিজম পুল্লগা অনৌবা কলচর অমা শেমদুনা চিনাগী চাওখংপা পুরকপা ঙমখি। রবিন্দ্রনাথ ঠাকুরনা লিংখংলম্বা শান্তি নিকেতন্দা শাগংলিবা কলচর অসিনদি বঙ্গালি কনবা ঙমলোই। বাঙ্গালিশিংনা থাইলেন্দগী পাড়া অমা তমহল্লিংই। থাইলেন্দনা রামান্দি ধর্ম্মা চংলম্বদগী বৌধ ধর্ম্মাদা ওনশিনখিবা মতমদা থাইশিংগী কলচরদা য়াওন লাঞ্জুনা মখোয় অকনবা জাতি ওইখি। থাইলেন্দ হৌজিক কলচরদা, শরম খোংনবদা, মিলিটরি শক্তিদা, ইন্দস্ট্রিদা খা নোংপোক এশিয়াগী লুচিংবা ওইরি। বাঙ্গালিশিংনা বৌধ ধর্ম্মা লৌরবদি চহী খরগী মমুংদা মখোয় ভারতকী লুচিংবা ওইরক্কনি হায়বসি এগীদি থজবা নৈ। আর্টসতা, শন্ম-খোংনবদা, রাজনিতিদা, কাববারদা, ফিল্ম ইন্দস্ট্রিদা, সাইন্সতা, সাহিত্যদা পৃথিবীগী লুচিংবা ওইনিংবা মীওইশিংনা জেন বুধিজম নৈনবইবা অসি য়াম্না অর্থ নৈ। হোলিবুদকী ফিল্ম ষ্টারশিং, অফ্রিকাগী মপাথোন লমজেন চেনবশিং অমদি ডপানগী কারবারবাশিং জেন বুধিজম নৈনবগী মরমদি মখোয়না মীথোই মীহেনবা ওইনি হায়নি। অমেরিকানা ২১ শুবা শতাব্দি হৌরকপদা থাদা ফেক্তরি লিংনবা, মঙ্গল গ্রহদা মী য়োংহন্নবা স্পেসশিপ থাগদবগী হোংনবনা মতম অসিদা ভারতকী কলচরগী লুচিংবশিংনা অশিনা মতমগা চানদ্রদা কলচরদা ঙাওহনা মতম মাংহনবা তারদি ভারতকী য়াম্না মাংজগনি। হৌজিক পৃথিবীগী কলচরগী লুচিংবা ওইরিবা অমেরিকাবু ২১ শুবা শতাব্দিদা ভারতনা মায়থিবা পিসি হায়রবদি ভারতকী কলচর শেমদোকপা দরকার ওই। ভারতকী কলচর শেমদোক্কবগী খোংজংদা মৈতৈনা লুচিংবা ওইবা ঙমগনি হায়বনি এগীদি থাজবা নৈত্তে। হৌজিক ভারতকী কলচরগী লুচিংবা ওইরিবা উত্তর প্রদেশনা অনৌবা কলচরগী মতাংদা মণিপুরদগী তম্লকপা য়াবগী মতম লাক্লে হায়নিংই।

# ব্রেন লৈবদগী মৈতৈনা ভারতকী লুচিংবা ওইগদৌরিবনি

মৈতৈনা সাইন্স অমদি অঙ্কদা য়াম্না হৈনবা অঙিদগী জাতি অসিনা হৌজিক্কী পৃথিবীদা চাওখৎলবা জাতিশিংগা লমজেল তাম্নবদা মায় পাকনি হায়বা থংবা ওমই। হৌজিক্কী মতমদা লৈবাক অমা চাওখৎহনগে হায়রবদি খুইদগী মরু ওইবা পোৎচং অসি অফবা সাইন্তিষ্টশিংনি। অমেরিকা, ইংলেন্দ, জর্মনি, ফ্রান্সনচিংবা লৈবাকশিংদা পৃথিবীদা খুইদগী ফবা সাইন্তিষ্টশিংনা অহিং মুংথিল থাক্না রিছার্চ তৌহনা হায়রিবা লৈবাকশিং অসিগী চাওখৎপগী খোংজেল থুজিনহন্নবা হোৎনরি। অমেরিকাগী স্পেস প্রোগ্রামনা পৃথিবীদা খুইদগী মাংজিন থাবা ওমলিবসি মখোয়গী সাইন্তিষ্টশিংনা হোৎনবগী মপান্ননি। জপান, জর্মনি অমদি অমেরিকাদা খুইদগী ফবা রোবোৎ পুথোক্নুনা লৈবাকশিং অসিগী ফেক্তরিশিংদা শিজিন্নব-দগী ইন্দস্ত্রি য়াম্না চাওখৎহনবা ওমলে। হৌজিক্কী মতমদা রোবো-টিক্স অসি চাওখৎলবা লৈবাকশিংদা য়াম্না মরুওইবা সবজেক্ট অমা ওইনা লৌনরে। নোংমৈ কাপ্পা ওন্বা লান্দা শিজিন্নবা রোবোৎ পুথোকলে। থাগী লৈমায়দা থবক তৌবা ওন্বা রোবোৎ শানবা অমেরিকানা হোৎনরি। সমুদ্র মথাদা থোনিদা থবক তৌনবা রো-বোৎ শারে। জপানগী রোবোৎনা ঈশৈ শকপা ওমলে। অশেংনা হায়রবদা ২১ শুবা শতাব্দি অসি রোবোৎকী শতাব্দি ওইগদৌরি। য়াম্না কিনিঙাই ওইবা রাফম অমনা ২১ শুবা শতাব্দিদা মী য়াওদনা

রোবোৎ খরতনা অপিকপা লৈবাকশিং লান তৌদ্বুনা লৌশিনবা ওয়বা অমেরিকাগী অখণ্ড অহেংশিংনা পোয়ম শিনবা হৌব্রে। অমেরিকাগী ষ্টার ৱারস প্রোগ্রাম ময়ায় খুমাং চাংশিনহিবা অসি সাইন্তিষ্টশিং অমদি ইঞ্জিনিয়ারশিংগী মতেংননি। রশিয়াগী রোকেৎ তেক্নোলোজি ময়ায় চাওখৎতুনা ময়ায় লুহ্না সেত্তিলাইত থাগৎপা ওমলিবসি লৈবাক অসিগী সাইন্তিষ্টশিংগী মপাম্ননি। অমেরিকাদা লৌউ-শিংউবগী পোৎথোক ফজনা হেনকৎহনবা ওয়িবদিস্ন মথোয়গী এগ্রিকলচরেল ইউনিভর্সিটিশিংদা সাইন্তিষ্টশিংনা রিছার্চ তৌবগী ফলনি। অমেরিকাদা মেদিকেল সাইন্স ময়ায় চাওখৎলিবসি রি-ছার্চকী মপাম্ননি। এদসনচিংবা লাইনাশিংদগী কয়নবা হিদাক পুথোকপা ওয়বা চাওখৎলবা লৈবাকশিংদা সাইন্তিষ্টশিংনা রিছার্চ কয়া তৌরি।

কম্প্যুটর অমদি তেলি কম্যুনিকেসন সাইন্তিষ্টশিংনা রিছার্চ তৌবদগী পৃথিবীগী তোঙান তোঙানবা লৈবাকশিংদা লৈবা সহংশিং ই-পাওগী মতাংদা শমহিন্নবা ওমলে। ওসিগী পৃথিবীদা লুচিংবা ওইবা তারবদি ভারতসু সাইন্স অমদি তেক্নোলোজিদা মাংজিন থানবা হোৎনবা তাবনি। সাইন্স অমদি তেক্নোলোজিদা ভারত অসি পৃথিবীগী ওইনা করম্বা থাক্তা লৈরিবগে হায়বশি লৈনবদা মুণ্ডাইগনি। হৌচিক ফাওবদা সাইন্সতা নোবেল প্রাইজ ফংখিবা ভারত মচা অহুম ওরে। ভারতকী অহানবা সাইন্সতা নোবেল প্রাইজ ফংখিবা দিঃ ভিঃ রমন লৈখিব্রে। সাইন্সতা নোবেল প্রাইজ ফংগ্রবা চন্দ্রশেখর অমদি খোরানা অমেরিকাদা হৌজিক থবক তৌরি। ভারত মশাগী কম্যুনিকেসন সেটিলাইট শাবা ওমলে। সেত্তিলাইট থাগৎপগী তেক্নোলোজি লৈরে। ভারতকী সাইন্তিষ্ট অমদি ইঞ্জিনিয়ারশিংনা সুপর কম্প্যুতর শাবা ওমলে। মিলিতরি সাইন্স, তেলি কম্যুনিকেসন তেক্নোলোজি অমদি স্পেস তেক্নোলো-

ক্সিদা অমেরিকাদগী থরা শোংথরবস্থু অতৈ সাইন্স অমদি তেক্নো-লোজিগী হিরম কয়াদা ভারতনা অমেরিকাগা লান্না তৌবা য়ারককদৌরে। ভারতনা হুসি পৃথিবীদা শিংথাবা য়াবা মওংদা মাইকৈ কয়াদা চাওথংলকলিবা অসি ভারতকী সাইন্তিষ্ট, ইঞ্জিনি-য়ার অমদি তেক্নোলোজিষ্টশিংনা হোৎনবদগী অয়াম্বা ওইরকপনি। ভারতত্তা সাইন্স, তেক্নোলোজি অমদি ইঞ্জিনিয়ারিংগী শিংথাবা য়াবা ইন্সটিট্যুট কয়া হৌজিক লৈরিবসি নিংতম্বা ভারতকী অহানবা প্রাইম মিনিষ্টর ওইরম্বা পন্দিত নেহরুনা হোৎনরম্বদগী ওইরকখি-বনি। ভারতত্তা ইউনিভর্সিটি চামাগী মথক্তা সাইন্সতা অৱাংবা থাক্কী রিচার্চ তৌরি।

অৱাংবা থাক্কী অঙ্কদা রিছার্চ তৌনবা মদ্রাচদা ইন্দিয়ান ইন্সটিট্যুট ওফ মেথমেটিক্স লৈরে। বেঙ্গলোরগী ইন্দিয়ান ইন্স-টিট্যুট ওফ সাইন্সতসু সবজেক্ট কয়াদা রিচার্চ তৌরি। মেদিকেল সাইন্স, কেমিকেল সাইন্স, মাইক্রো বাইওলোজি, অমদি জেনেতিক ইঞ্জিনিয়ারিংদা রিছার্চ তৌনবা অৱাংবা থাক্কী ইন্সটিট্যুটশিং ভারত্তা লৈরে। অমেরিকা অমদি ইংলেন্দা তৌবগুম্না ভারতকী ইঞ্জিনি-য়ারিং কলেজশিংদা চৎথরিবা দিগ্রি কোর্সশিংদা অৱাংবা থাক্কী মেথমেটিক্স য়াংথরি। অতুদা নত্তনা ইঞ্জিনিয়ারিং দিজাইন অমদি তেস্টিংনা অঙ্কগী পোষ্ট গ্রেজুয়েৎ কোর্সতা তম্বা অৱাংবা থাক্কী এপ্লাইদ মেথমেটিক্স শিজিন্নৈ। হৌজিক্কী মতমদা অৱাংবা থাক্কী অঙ্কগী বেকগ্রাওন্দ লৈবা ইঞ্জিনিয়ার কয়া এতোমিক ইনরজি, মিলি-তরি সাইন্স, স্পেস প্রোগ্রাম, রোবোটিক্স, ষ্টার ৱার্স প্রোগ্রাম অমদি কম্প্যুটরগা মরি লৈনবা থবকশিংদা দরকার লৈবনা ভারত সরকারনা পিয়োর মেথমেটিক্স অমদি এপ্লাইদ মেথমেটিক্সকী অৱাংবা থাক্কী রিছার্চকী থবক কনথৎহন্নবা থবক পাইথৎপা দরকার ওই। দিল্লি, পবাই, কানপুর, মদ্রাজ অমদি খরগপুরদা লৈরিবা ইন্দিয়ান

ইন্সটিট্যুট ওফ তেক্নোলোজিশিং অসি পৃথিবীদা শিংথাবা য়াবা ইঞ্জিনিয়ারিং অমদি তেক্নোলোজিগী তক্ষম তাক্তনি। ইন্দিয়ান ইন্সটিট্যুট ওফ তেক্নোলোজি (আইঃ আইঃ টিঃ) অমদি ভারতকী অতৈ ইঞ্জিনিয়ারিং কলেজ কয়াদগী পাস তৌখিবা ইঞ্জিনিয়ার লিশিং কয়া হৌজিক অমেরিকা, সাউদি অরাবিয়া, ইংলেন্দনর্ চংবা লৈবাকশিংদা থবক তৌরি।

অমেরিকা অমদি ইংলেন্দা মতম শাংনা প্রাইভেৎ কম্পনি কয়াদা থবক তৌবদগী পৈশা পাইরক্লবা ভারত মচা ইঞ্জি-নিয়ার কয়ানা ওনিদি অমেরিকা অমদি ইংলেন্দা ফেক্তরি অমদি কম্পনি কয়া লিংথংতুনা শেল য়াম্না ত'নবা হৌমলে। মখোয়গী মরক্তা মিলিয়নর কয়া য়াওরে। অমেরিকাদগী শেল তাল্লগা নখোয়না ভারতকী শেমগৎ শাগৎনবা ভারত্তা চহী খুদিংগী লুপা কোটি লিশিং কয়া থাদরকপা ওমলে। অমেরিকাদা, ইংলেন্দা অমদি নোংচুপ এশিয়াদা ভারতকী ইঞ্জিনিয়ারশিং অমদি সাইন্তিষ্টশিংনা থবক ফংবদা লাইনা থোকলিবা অসি মখোয়না ইংরেজি লোল ফজনা খংবদগীনি। ইংরেজি লোল খংদবা রশিয়া, চিনা, জপান অমদি জর্মনিগী ইঞ্জি-নিয়ারশিংদগী ভারতকী ইংরেজি লোল খংবা ইঞ্জিনিয়ারশিংবু হেন্না অমেরিকাদা পাম্নরে। হৌজিক্তি ভারতকী ইঞ্জিনিয়ারশিং অসি পৃথিবীগী ষ্টেন্দার্দ য়ৌরকলে হায়বা য়াররে। ভারত্তা হৌজিক লৈরিবা অকবা ইঞ্জিনিয়ারিং কলেজ খরদি অমেরিকা অমদি ইউরোপকী খ্বাইদগী ফবা কলেজশিংদগী ষ্টেন্দার্দ হন্থবা নত্রে। হৌজিক মৈতৈ মচাশিংগী মরক্তা অকবা সাইন্তিষ্ট অমদি ইঞ্জিনিয়ার কয়া য়াওরে। ভারতকী খ্বাইদগী ফবা ইউনিভর্সিটি অমদি ইঞ্জি-নিয়ারিং কলেজশিংদা মৈতৈ মচাশিংনা সাইন্স অমদি ইঞ্জিনিয়া-রিংগী সবজেক্ট কয়াদা মরূক মরক্তা পোজিসন লৌবা ওমলে। মসিনা তাকপদি ব্রেন লৈবদা মৈতৈ মচাশিং অসি ভারতকী অতৈ

জাতিশিংদগী তাবা নত্তে হায়বনি। জিউ খুল্লোক অমনা অমেরিকাগী সাইন্সতা লূচিংবা ওইখিবগুম্না চহী থরগী মতুংদা মৈতৈ মচা সাইন্তিষ্ট অমদি ইঞ্জিনিয়ারশিংনা ভারতকী সাইন্স অমদি ইঞ্জিনিয়ারিংগী লূচিংবা ওইরকপগী ওইথোকপা লৈ। ঙসি ভারতকী ইঞ্জিনিয়ার কয়ানা অমেরিকাদা অমদি ভারতকী মফম কয়াদা ইন্দস্ট্রি কয়া লিংখৎপগুম মৈতৈ মচা ইঞ্জিনিয়ার কয়ানা মণিপুর অমদি অতোং নোংপোক্কী মফম কয়াদা, কলকত্তাদা, বোম্বেদা, দিল্লিদা অমেরিকাদা, ইংলেন্দা, সিংগাপুরদা অমদি থাইলেন্দা ২১ শুবা শতাব্দিদা ইন্দস্ট্রি অমদি কারবার কয়া লিংখৎলকপগী ওইথোকপা লৈ। মথোয়গী মরক্তগী ভারতকী কারবার অমদি ইন্দস্ট্রিগী লূচিংবা কয়া থাওরকপা য়াই।

# মৈতৈনা দিল্লিদা লুচিংবা ওইবা ঙম্বা মণিপুর হায়া শেমগৎকদবনি

২১ শুবা শতাব্দিদা জপানা পৃথিবীগী লুচিংবা ওইবা ঙম্বা অথম্বা প্রোগ্রাম থবা চহী ১৫ রোমগী মমাংদগী পায়থংখিবগী পাও লৈরে।· প্রোগ্রামশিং অহুগী মনুংদা ২১ শুবা শতাব্দিগী পৃথিবীদা লুচিংবা ওইনবগী মতিক মগুন লৈবা জপানিজ মহারোলশিং পুথোক্লবা অথম্বা স্কুল অমা লিংথংপা য়া৫রি। মক৫ইবা প্রোগ্রাম অমনা জপানগী সহর থবা তেক্লোলোজিকেল ইনফোর্মেসন সিটি ওইনা শেমগৎপনি। ২১ শুবা শতাব্দিদা পৃথিবীগী চাওখংলক্লিবা লৈবাকশিং অমদি চাওখংলবা লৈবাকশিংদা করম করম্বা টেক্লোলোজি শিজিন্নরকপা য়াবগে হায়বগী মতাংদা সহরশিং অহুদা লৈরগা রিছার্চ তৌবদা মুডাইনবা অথম্বা সহর থবা শেমগৎরে। সহরশিং অসিগী হবা মুংশিং য়ায়া শেংই। সহরশিং অসিদা ট্রাফিক জাম লৈতে লৈকোল, পাং অমদি পার্ক কয়ানা সহরশিং অসি ফজহল্লি। জপান অপিকপা লৈবাক ওইবনা অনেম্বা থাক্কী তেক্লোলোজি শিজিন্নবা এনভাইরনমেন্তেল পোলুসন য়ায়া থোকহনবা ইন্দস্ত্রিশিং লৈবাক অসিদা পাইথংপদা খুদোং চাদে। মহুগী মহুত্তা অবাংবা থাক্কী তেক্লোলোজি শিজিন্নবা মথল য়াম্বা পৃথিবী অপুম্বদা য়োনবা শিংকদবা পোং চৈ শাবগী ইন্দস্ত্রিশিং জপান্দা লিংথংলি। চাওখংলক্লিবা লৈবাকশিংগী ইন্দস্ত্রিশিংগা চানগদবা তেক্লোলোজি পুথোক্লুনা চাওখংলক্লিবা লৈবাকশিংদা য়োনবদা ঙসি জপানা পৈশা

য়াম্না তানবা ওল্লি। খুদম ওইনা মারুটি কারগী ফেক্তরি ভারতা লৈকৃববস্মু মসিগী তেক্নোলোজিদি জপান্দগী লৌবনি। ভারতনা মারুটি কার শাবগী তেক্নোলোজিকেল ইনফোর্মেসন লৌবদা জপান্দা চহী খুদিংগী পৈশা য়াম্না পিরি। য়োবোৎ শাবগী তেক্নোলোজিগা মরি লৈনবা ইনফোর্মেসনশিং পৃথিবীগী লৈবাক কয়াদা য়োন্দুনা জপান্না ভাল্লিবা শেল অসি অচৌবা ফেক্তরি কয়া থম্বদগী লাকপা ইনকমদগী হেল্লি।

জপানগী সহর খরা তেক্নোলোজিকেল ইনফোর্মেসন সিটি ওইনা শেমগৎপগুম ইম্ফাল সহর অসি এশিয়া মহাদেশকী ওইনা কলচরেল ইনফোর্মেসন সিটি ওইনা শেমগৎপা য়াগনি। ইম্ফালদা রিছার্চ তৌদুনা এশিয়া মহাদেশকী লৈবাকশিংগী কলচরেল প্রোব্লেমশিং কোকহন্নবা রাখল অমদি লম্বী পুথোকপদা খুদোং চানবা ইম্ফাল সহর অসি প্লান তৌবা য়াই। বোম্বে, দিল্লী, মদ্রাজ, কলকত্তা, রেংগুন, বেংকোক, সিংগাপুরনচিংবা সহরশিংগী কলচরগী অমদি রাজনিতিগী প্রোব্লেম কয়া কোকহন্নবা অনৌবা রাখল ইম্ফালদগী পিবা য়াগনি। ঐ ইশামক্তা, রাজিব গান্ধিনা প্রাইম মিনিষ্টর ওইরিঙৈদা ইম্ফালদগী বোফোর্স কেনদলগী মতাংদা চিঠি অমা ইদুনা মঙোন্দা পিখিবা পাওতাক অদু মহাক্না ইল্লমলবদি মহাক শিরমদবা য়াই অমসুং ভারতকী রাজনিতিগী ইতিহাস অনৌবা অমা শেম্লমগনি। এশিয়া মহাদেশকী কলচরগী মতাংদা রিছার্চ তৌবা খুদোং চানবা ইম্ফালগী কংলাদা অচৌবা লাইব্রেরি অমা থম্বা য়াই। লাইব্রেরিদা পাকিস্তানগী রাজনিতিগী কলচর লৈনবা ইম্ফালগী মী অমনা রাজিব গান্ধি হাৎপদা অমদি হরসদ মেহতা চেন্নবা সিক্যুরিটিজ স্কেমদা পাকিস্তানগী ইন্তেলিজেন্স আইঃ এসঃ আইঃ য়াওই হায়বা খঙবা ঙমগনি। অমেরিকাগী বাশিংতন সহরদা লৈবা অমেরিকান কংগ্রেস লাইব্রেরি অসি পৃথিবীদা খ্বাইদগী

চাওবা লাইব্রেরিনি হায়নৈ। লাইব্রেরি অসিদা লাইরিক কোটি অনি য়েল্লা লৈ। দিল্লি ইউনিভর্সিটিগী লাইব্রেরিদা লাইরিক লাক ১৫ থরা য়েল্লা লৈ। মণিপুর ইউনিভর্সিটিদা লাইরিক লাক অনিগী মখাদা লৈ হায়না পানরি। ইঙ্গালন্দা থমগদৌরিবা লাইব্রেরি অসি নোংপোক ভারৎতা খ্বাইদগী চাওবা লাইব্রেরি ওইহনবা য়াই। অমেরিকানা হিরম কয়াদা পৃথিবীগী লুচিংবা ওইবা ঙমলিবসি মখোয়গী লাইব্রেরি ময়ামগী মপান্নি হায়বা য়াই। হৌজিক্কী পৃথিবীদা লাইব্রেরিগী ইহৌ অমা শাগৎতনা লৈবাক অমনা চাওখৎপা ঙমগনি হায়বা থাজদে। পৃথিবীগী, ভারতকী অমদি মণিপুরগী সমস্যাশিং লাইব্রেরিদা পাখগা সোলুসন পুরকপা য়াবা য়ায়া য়াওবি। হৌজিক্কী জুগ অসি ইনফোর্মেসন এক্সপ্লোজনগী যুগনি হায়নরিবনি। যুগ অসিদা লুচিংবা ওইবা তারবদি লৈবাক কয়াগী সমাজগী অমদি কলচরগী, সাইন্স অমসুং তেক্নোলোজিগী ইনফোর্মেসনশিং অসি খুৎলোয়বা তাবনি। সেত্তিলাইত কম্যুনিকেসন, তেলিভিজন, ইলেকত্রোনিক্স মেল অমদি ফেক্স সার্ভিসকী যুগ ওইরবনিনা ইঙ্গালন্দা ইংরেজি অমদি মৈতৈলোলদা অফবা ভারতকী অমদি পৃথিবীগী ই-পাও মচল শুনা য়াওবা খবর খরা ফোংবা য়ারগনি।

মণিপুর ইউনিভর্সিটি অসি অনৌবা মতমগা চানবা দিপার্টমেন্টশিং হাপচিল্লুনা চাওখোকহনবা দরকাররি। জপান, থাইলেন্দ, মালেসিয়া, অস্ট্রেলিয়া, অমেরিকানচিংবা লৈবাকশিংগী ইউনিভর্সিটিশিংদগী প্রোফেসারশিং কনত্রেক্তা লৌরগা মণিপুর ইউনিভর্সিটিদা তম্বিহনবদা ইউনিভর্সিটিগী স্টেন্দার্দ য়াংখৎহনগনি।

মণিপুর অপুম্বা শেমগৎপগী য়াকম থমত্রিঙৈদা মণিপুর ভম্পাক শেমগৎপগী য়াকম থমবা দরকার ওই। মরমদি ঙসি মৈতৈনা ভারত্তা অমদি মালেমদা কোক থাংগৎলুনা চৎলিবা অসি মৈতৈনা মণিপুর ভম্পাকী মপু ওইবদগীনি। মণিপুর ভম্পাক অসি মৈতৈগী

মথুক্তগী বাঙ্গালিশিং অমদি ট্রাইবেলশিংনা মুনথিবা ওমদনবা থৌরাং থরা লৌথংপা দরকার ওই। মণিপুর তম্পাক অসি লৈবদা সুঙাইবা য়াম্না ফজবা মকম অমনি। মণিপুরগী অকোইবদা লৈবা লমশিং মরুওইনা বর্মা, অসাম, মিজোরাম অমদি নাগালেন্দগী ট্রাইবেল য়াম্না লাক্লিবা চহী থরা অসিদা মণিপুর তম্পাক্তা হাই-জিল্লক্না খুন্দারগনি হায়বগী চিংনবা লৈ। মণিপুরগী চৌংগী লমশিং হায়বদি উখ্রুল, চুরাচান্দপুর, তমেংলোংনচিংবা লমশিংগী ট্রাইবেল কয়াম্না লাক্লিবা চহীশিংদা মণিপুর তম্পাক্তা লম লৌথুনা খুন্দানবা হোংনরক্কদৌরি। অথাম্না বঙ্গলাদেশ, বেঙ্গল, বিহার নেপালনচিংবদগী ফাওবা মীতোপ অমদি মীরৈবাকচা কয়া লাক্নুনা মণিপুর তম্পাক্তা লম লৈরগা খুন্দানবা হোংনরক্কনি। মণিপুর তম্পাক্তা মীতোপশিংনা মশিং য়াম্না লাক্কদৌরিবা চহীশিংদা হায়-ডিল্লক্কদৌরিবগী মরম অমদি লম তমিদা শেমগৎ শাগৎপগী থবক কনথৎলক্কদৌবা, সহর শেমগংলক্কদৌবা, অনৌবা ইন্ডস্ট্রি কয়া লিংথৎলক্কদৌবা, এগ্রিকলচর ইউনিভর্সিটি অমদি ইঞ্জিনিয়ারিং কলেজনচিংবা লিংথংলক্কদৌবা অসিনচিংবা অসিনি। মণিপুর তম্পাক্তা থবক থিবা লাক্কদৌরিবা মীতোপশিং তমিনা লৌউনবগী নত্রগা যুম শানবগী লম লৌনবা হোৎনরক্কনি। ওইরক্কদৌরিবা ফিভমশিং অসি য়েংলগা মণিপুর তম্পাক্কী অহাংবা লমশিং অসি মীতোপশিংনা লৌত্রিদ্রিঙৈদা সরকারনা নত্রগা পঞ্চায়েৎনা লৌশিল্লগা মীয়ামগী ওইনা প্রোজেক্ট কয়া পায়থংনবা থৌরাং তৌবা দর-কারনি। বাঙ্গালিনচিংবা মীতোপশিং তম্পাক্তা মশিং য়াম্না খুন্দাহল্লোইদবনি। মণিপুর তম্পাক্তা চহী ৫০ মুক্কী মমুংদা খৃষ্টান ত্রাইবেল এমঃ এলঃ এঃ মঙারোম কারকপা য়াবগী থুদোংথিবা লৈ। জিরিবাম কেন্দ্রদা ত্রাইবেল নত্রগা বাঙ্গালি অমনা এমঃ এলঃ এঃ কারগনি। হৌজিক হৌজিকমক মণিপুর তম্পাক্কী কেন্দ্রশিং

লন তৌরকনি। মতম অদুদা ভারত সরকারনা চীংমীশিংগী দাবী পিরকনি। ফিভম অসি লাক্কনবা মৈতৈশিংনা কল্লা হোৎনগদবনি।

মণিপুরগী চীংগী লমদা এম: এল: আর: এক্ট চংনহন্নবা মৈতৈ রাজনিতিগী লুচিংবা খরনা তনশিল্লি। চীংগী লমদা এম: এল: আর: এক্ট চংনরবদি মৈতৈশিংনা চীংদা লম লৈহনা পাক শন্না খুন্দাবা ঙমগনি হায়না মৈতৈশিংনা থাজরিবসি লাল্লি হায়নিংই। মরমদি চীংদা এম: এল: আর: এক চংনবা হৌখিবদা মৈতৈদি লম ইকং ফংহৌরোই বাঙ্গালি মুস্লিম, বাঙ্গালি হিন্দু, পনজাবী অমদি গুজরাটি শেন পাইবা কাংবুশিংনা চীংগী লম অয়াম্বা লৈশিনখিগনি। চীংমীশিংনসু মৈতৈদা লম য়োনবগা মহুত্তা পৈশা হেন্না পিবা ঙম্বা মীতোপ কারবারবাশিংদা য়োল্লিংগনি। চীংদা এম:এল:আর: এক্ট চংনগ্রবদি শিংদা তৌরগুরা মণিপুরগী চীংগী লমদা বাঙ্গালিশিংনা মেজোরিটি ওইরকপগী খুদোংথিবা লৈ। মরম অসিনা চীংদা এম: এল: আর: এক্ট চংনহন্নবা দাবী তৌরিবা মৈতৈ রাজনিতিগী লুচিংবশিং অসি রাখল খনথবা ঙমদবা কাংবুনি হায়নিংই। মণিপুর অম্পাক্তা ত্রাইবেল লিশিং ৬০ রোম লৈরে অদুগা চীংদা মৈতৈ লিশিং ১৫রোম লৈরে। ফিভমশিং অসিদা চীংদা এম:এল:আর: এক্ট চংনগ্রবসু মৈতৈনা চীংমী লুচিংবশিংগা রারি শান্নরগা চীংদা মৈতৈ লিশিং ৮০ গুনা লৈহন্নবা দাবী তৌবা য়াই। চীংগী লমদা মৈতৈ খুন্দাহন্নবদি অম্পাক্তা চীংমীদা লম পিরোই হায়না ঙাংবদা চীংমী-শিংনা শাওগনি থাজদে।

মণিপুরগী ইকোনোমিক প্লান্নিংগী মতাংদা প্লানরশিংগী মীৎয়েং খরা হোংদোকপা দরকার ওই। খুদম ওইনা মণিপুর অম্পাক্তা ইশিংগী অরাংপা লৈনা লৈনা লোক্তাক প্রোজেক্টনা ইলেকট্রিক পরার পুথোক্লবা হোৎনবদা মণিপুর অম্পাক্তগী হায়রবদি লোক্তাক পাৎতগী ঈশিং কা হেন্না চিংথোক্লুনা লৈমতাক্তা থাদখিবা অসি য়াম্না

চাওবা অশোয়বা অমনি মণিপুর তম্পাক্তা লৌউ-শিংউবগী অমদি শা-শল লোইবগী ঈশিং য়াম্না দরকার ওই। লোয়ননা থক্কবা ঈশিংসু য়াম্না দরকার ওই। মণিপুরগী তম্পাক্তা লৈরিবা লৌমী-শিংগী লৌবুক্তা ঈশিং মতিক চানা পিন্থনা চাথোক হেনকৎহনবা তারবদি লোক্তাক্কী ঈশিং য়াম্না লৌথুনা লৌবুক্তা পিবা ভাবনি। লাইবক থিবদি তম্পাক্কী লৌবুকশিংদা ঈশিং য়াংনা পিরগা ইলেক-ট্রিক পৱার-হেম্না পুথোক্কবা ঈশিং কা হেম্না লোক্তাক্কী চিংথোক-খ্রগা লৈমতাক্তা থাদথিবা অদিনি। চহী থরগী মতুংদা মণিপুর তম্পাক্তামীশিং হেনগৎলকপগা লোয়ননা থক্কবা ঈশিং ফাংবা অতৈ লৌফম লৈরক্কবদগী লোক্তাক পাংতগী লৌরকপা তাবনি। তশেংনা হায়রবদি ইলেকট্রিক পৱার লৌনবগীদমক্তদি ইরং হাইড্রো ইলেকট্রিক প্রোজেক্ট অমদি বরাক হাইড্রো ইলেকট্রিক প্রোজেক্ট পায়থংপা য়াই। জিরিবামদা গ্যাস অমদি কয়লা শিজিন্নদা পৱার প্লান্তশিং লিংথংপা য়াই। লোক্তাক পাং অসি ঈশিং মতুংদা পাম্থী কয়া হৌগংলকপদগী চহী ১০ মুক্কী মতুংদা তংথায় অমদি কংলগনি থাজে।

লোক্তাক প্রোজেক্টনা ঈশিং কা হেম্না চিংথোকপদগী নোংজু থা য়ৌরমদাইদা পাংকী ইমাই য়াম্না নেম্না লৈবা মতমদা ঈশিং মতুংদা হৌরিবা পাম্বীশিং অসি হুংশা মঙাল য়াম্না ফংবদগী থুনা চাওবা হেনকৎলি। মসিনা পাং থেনকৎপা থুজিনহল্লি। লোক্তাক প্রোজেক্ট অসি মীরৈবাক্কী এক্সপার্টশিংনা উরবদি য়াম্না শাওগনি মরমদি মসিনা মণিপুর তম্পাক্কী এনভাইরনমেন্ততা অমাং অতা থোকহনবদা নত্তনা লোক্তাক পাংকী পুন্সি য়াম্না থুনা লোইহনবগী থৌদাং অমসু লৌরি। মণিপুরগী প্রজাদা ইলেকট্রিক পৱার পিন্থনা কামবা পিরবসু প্রোজেক্ট অসিনা প্রজাগী ঈশিং মাংহনলিবা, লৌ ইংখোল মাংহনলিবা, ইকোলোজিকেল বেলেন্স থুগাইরিবা

পুন্নমকশিং অসি য়েংলুম্‌বদি প্রোজেক্ট অসিনা কন্নবা পিথদগী মাং-ভাকপা থোকহল্লবনা হেন্নি। প্রোজেক্ট অসিনা মৈতৈগী মখল মামল্লবা লোত্তাক পাৎ হাংকদোন্নিবা অসি মীওইথনা অমুক শেম-গৎপা ঙমলরোইদবনি।

শোক ২০০০ দগি মণিপুরদা চাক থোংনবা শিংগী অকাবা য়াম্না লৈরগনি। মসিগী অসিনা নেচরেল গ্যাস (হৌখিক শিঙিন্নবিবা এলঃ পিঃ জিঃ নত্তবা) মণিপুর ঙম্পাক্তা কন্নবা ত্রিপুরাদগী ইম্ফাল ফৌনা গ্যাস পাইপ লাইন শাববা প্লান পাম্বৎপা দরকারনি। ত্রিপুরাদা কংলিবা নেচরেল গ্যাস অসি য়াম্না হোৎনবিনা মণিপুরগী লাইরবশিংদা য়াম্না থুদোংচাগনি। অতুপা রাটর সপ্লাইগী ভৌবত্তা য়ুম য়ুমদা পাইপ মচা শিঙিন্নতুনা গ্যাস থারকপা য়াগনি। গ্যাস অসি ইম্ফালদা ত্রিপুরাদগী পাইপ লাইন্দা থারকপা মতমদা হোটেল অমদি যেকশিংগী কারবার ভৌবা কাংবুশিংদা য়াম্না কান্নহনগনি। শোক ২০০০ দগি ইম্ফাল সহর অসি য়াম্না চাওরগনি অমসুং সহর অসিদা মীয়াম্না লৈরগনি। মতম অতুদা লৌউ-শিংউবগী পোংথোক কয়া মোইরাং, ককচিং, ঙগমু, সেকমাই, কাংপোকপিনচিংবা মফম-শিংদগী ইম্ফাল য়োনা হরাপাড়িনা পুরকপদা ভারা য়াম্না লৌবদগী ইম্ফালদা পোং চৈ য়াম্না ভাংগনি। মসি কোকহল্লবা ভারবদি ইলেকট্রিক ট্রেন থবা দরকারনি। লৈবাক অমা থুনা চাওথহনবা ভারবদি লৈবাক্কী মফমশিং শেমগৎপা দরকার ওই। ইম্ফাল; মোইরাং, ককচিং, থৌবাল, সেকমাই, মাইরেংপাক, পলেল, তুপল, মরাং ইম্ফাল, বিষেনপুর, নম্বোল, চুরাচান্দপুর, মোরে, জিরিবাম, উখ্রুল, তমেংলোং, মাওনা-ংখা মফমশিং অসি শেমগৎপদা সরকার-না পুক্নিং থৌনা চংবা দরকার ওই। মফমশিং অসি শেমগৎনবা মাস্টর প্লেন্তগী চৈপদা লৌনবা থোক্নথবনি। মণিপুরদা টুরিজম ইন্দস্ট্রি চাওথহনবা ঙমথবগী অত্তৌবা মরম অমদি অমা হোটেল

রাংপা অসিনি। ইম্ফালদা কনফরেন্স হোল য়াওবা ফাইভ ষ্টার হোটেল অমা শানবা মণিপুর সরকারনা ভারত সরকারদা তকশিন-গদবনি। হাইরিবা হোটেল অসি লৈরবদি ইম্ফালদা হিরম কয়াদা ইন্তরনেসনেল কনফরেন্সনচিংবা পাংথোকপা য়াগনি। লোয়ননা জপান, অমেরিকা, ফ্রান্স, সিংগাপুর, মালেসিয়া, থাইলেন্ডনচিংবদগী ইনাক খুনবা টুরিষ্ট কয়াম্বু ইম্ফালদা লাকনিংগনি। ইনাক খুনবা টুরিষ্ট কয়াদি নোংমদা লুপা লিশিং ৫ নত্রগা ১০ খরচ তৌবা ঙমই। মখোয়না ফাইভ ষ্টার হোটেল নত্তবা হয়বা হোটেলদা লৈনিংদে।

জপানগী শেল য়ায়া পাইবা কারবারগী লূচিংবশিং অমদি কম্পানিগী একজিক্যুটিভশিংনা লম কোইবা তারব'দ গোলফ শায়রকম লৈবা মফমদা চংলি তাবদগী দিল্লিদা লৈবা ফাইভ ষ্টার হোটেল খরগী মেনেজমেন্টশিংনা জপান্দগী খরচ য়ায়া তৌবা ওবা টুরিষ্টশিং চিংশিন্নবা মখোয় মখোয়গী হোটেলগী কম্পাউন্দা গোলফ কোর্স শেমগংপগী পাও লৈ। মণিপুরদসু মফম চাবা ফেংলগা ইম্ফালদগী কারনা পুংথায় অমা নত্রগা পুং অমগী মনুংদা য়োবা য়াবা পরেল-ঙবা মফমদা গোলফ কোর্স শেমগংলবদি ইউরোপ, অমেরিকা অমদি জপানগী টুরিষ্ট কয়া চিংশিনবা ঙমগনি।

মণিপুরদা টুরিজম ইন্দস্ত্রি চাওখংহনবদা অপনবা ওইরিবসি জপান, থাইলেন্দ, সিংগাপুর, কোরিয়া, মালেসিয়া, ইংলেন্দ, অমেরিকা, ফ্রান্স, জর্মনি, রশিয়ানচিংবদগী টুরিষ্টশিং ভারত সরকারনা মণিপুরদা চংহন্দবা অসিনি। মণিপুরগী মৈতৈশিং অসি মীরৈবাকী টুরিষ্টশিংগা শমগ্রবদি ভারতকী মারোল্লা ইথৌ শাগংলকনি অমসুং ভারতগী ভোথায় তানবা হোংনরকনি হায়না ভারত সরকারনা চিংনরিবা অসি য়রম চাদে। নিংতম্বা ভারতকী অহানবা প্রাইম মিনিষ্টর নেহরুনা মণিপুর অমদি অরাং মোংগোল্ অসি কোরেনর-শিংনা চংবদা অথিবা থম্বা রেষ্ট্রিক্টেদ এরিয়া ওইনা লাওথোরকই।

অহুম্ মহাক্না ইংলেন্দ অমদি অমেরিকাগী মিসনরি থরদি অয়াবা
পিহনা অবাং নোংপোক্কী চীংগী লমদা চংহল্লম্মী। মাগী মতুংদা
লাকপা প্রাইম মিনিষ্টরশিং মরুওইনা ইন্দিরা, মোরারজি অমদি
রাজিবমু নেহরুগী পোলিসি অসি হোংদোকপা পামথিদে। নেহরুনা
চংহল্লম্বা ফোরেন্নরশিং অসিনা নাগালেন্দা মণিপুরগী চীংদা, মিজো-
রামদা, মেঘালয়াদা, ত্রিপুরাদা ত্রাইবেলশিংগী মরক্তা খৃষ্টান ধর্ম্মা
শন্দোকপদা নত্তনা ভারত্তগী তোথায় তানবগী ইহৌ শাগৎথি। মরম
অসিনা অবাং নোংপোক্তা হৌজিক খৃষ্টানশিংনা ভারত্তগী তোথায়
তাগে হায়হনা লানহৌগিবা অসিগী মরুওইবা দায়িত্বদি নেহরুনা
লৌকম থোকই। মৈতৈ হিন্দুশিং অমদি অসামি হিন্দুশিংনা নেহ-
রুনা মতেং পাংলম্বা খৃষ্টান ত্রাইবেল লানহৌবশিং অসিগী মায়োক্তা
ভারতবর্ষ কল্লবা গুনি ফাওবা সেক্রিফাইস তৌহনা লাক্লি। অসিগুম্বা
ভারতকী মপু অশেংবা মৈতৈ হিন্দুশিংবু চিংনহনা মণিপুরদা ফোরেন
টুরিষ্টশিং চংহনদ্রিবা ভারত সরকারগী লুচিংবশিং অসি ভারতকী
য়েক্কবনি হায়বদা লাল্লেই। মণিপুরগী ফজবা য়েংনিংবদগী লাকপা
টুরিষ্ট যাম্না য়াওরি। ফজহনা লৈরিবা মণিপুরনি অমুক্তা হেন্না ফজ-
হনবা থবক থরা লৌথংপা দরকার ওই। কাশ্মীরদা পার্ক, লৈকোল
অমদি পাংশিং শেমগৎনবা দিপার্টমেন্ট অমা লৈবগুম্না মণিপুর
সরকারগী মথাদা লৈকোলশিং, পার্কশিং অমদি খুংশেমগী পাংশিং
শেমগৎনবা দিপার্টমেন্ট অমা হাংদোকপদা য়াম্না কান্নগনি। মণি-
পুরগী চীংগী লম অমদি তম্পাকী মফম কয়াদা খুংশেমগী পাং কয়া
শেমগৎপা য়াই। পাংশিং অতুদা থরো থম্বাল য়াম্না থাবা য়াই।
পার্ক কয়াম্নু লৈকোল কয়াম্নু সহরগী মফম কয়াদা শেমগৎপা য়াই।
মৈতৈনা দিল্লিদা লুচিংবা ওইরক্নবা লম্বী য়াংপদা মণিপুর ফজনা
শেমগৎপা হায়বসি তৌদবা য়াত্রবা থবক অমনি। অহুগা ইম্ফাল সহর
অসি ভারতকী মহুংদা ৃহৈদগী ফজবা সহর অমা ওইহনবা তাবনি।

# মৈতৈনা ভারতকী কারবারদা লুচিংবা ওইরকপা থৌরাং

মৈতৈ মচানা ভারতকী কারবারদা লুচিংবা ওইবা তারবদি মণিপুরগী মপান্দা থোক্লুনা চায়বদি বোম্বে, কলকত্তা, দিল্লিনচিংবদা চংদুনা কারবার তৌবা তাবনি। মৈতৈ মচাশিংগী মরক্তা হৌ-চিক্কি কারবারদা থবায় য়াওবা অমদি হোৎনবা কনবা কয়া য়াওরে। মৈতৈ নংগ্রোল কারবারবাশিংগী মরক্তা লাইরিক লাইগু নিংথি-জনা হৈবা কয়া য়াওরে। মখোয়শিং অসিনা মণিপুরগী মপান্দা কারবার তৌবদা থুদেংচাবা পিনবা প্লান অমা পাইথংপা য়াই। মণিপুর সরকারনা বোম্বে, মদ্রাজ, বেঙ্গলোর, বিশাখপত্তনম, পোর্ট ব্লেয়ার, দিল্লি, কলকত্তানচিংবা মফমশিংদা লম লৈরগা কারবারগী কমপ্লেক্স শেমগৎপা য়াই। হায়রিবা কমপ্লেক্সশিং অসি মৈতৈ মচা কারবাররালাশিংদা হোংনা শান্দোকপা য়াই। বোম্বে, কলকত্তাদা মণিপুর সরকারনা বিলদিং থরা শারগা শান্দোকপদা মণিপুর সর-কারগী ওইনা চহী খুদিংগী শেন্দোং য়াম্না ফংবা ঙমগনি। চিনা অমদি জপান্না অমেরিকাগী মফম কয়াদা লম লৈরগা বিলদিং কয়া শাদুনা শান্দোকপা অমদি য়োনবদা শেন্দোং য়াম্না ফংবগী পাও লৈ। হন্দক্তা চিনানা ময়ানমারগী কোম্থুং রেংগুন্দা কারবার তৌনবা লম কয়া লৈশিন্দুনা বিলদিং কয়া শানবা হোৎনরি। বৃটিশকী মীনাই ওইরম্বদগী ১৯৪৭ তা নিংতম্বা ফংখিবা ভারতকী মীওই কয়া ঙসিদি ইংলেন্দা কারবার তৌবদগী করোর পতি ওইবা কয়া

য়াওরে। অফ্রিকাদা, অমেরিকাদা গুজরাটি, পঞ্জাবী অমদি সিন্ধি মচাশিংনা কারবার চাওনা তৌবা ওয়গা হায়রিবা লমশিং অসিদা মৈতৈ মচানা কারবার তৌবদা মায়পাকলোইদবগী মরম লৈতে। মালেসিয়াদা, সিংগাপুরদা, হোংকোংদা ভারতকী চংখিবা টামিলশিং অমদি পঞ্জাবিশিং কারবার চাওনা তৌরি। হায়রিবা লমশিং অসিদা মৈতৈনা কারবার তৌবদা য়াম্না খুদোংচাগদবা লৈ। মতম অমদা মৈতৈনা মণিপুরগী মপান্দা চৎতুনা থবক তৌবা হৈনরমত্রবস্ন হৌ-জিক্তি মৈতৈ মচা কয়া মণিপুরগী মপান্দা চৎতুনা কারবার তৌবা অমদি থবক তৌবা য়াওরে।

থবক ফংদবা অমদি হিংবদা রাবগী চৈনা ফংলবা মৈতৈ হায়বা জাতি অসিগী নহারোলশিং নোংমা নোংমগী হোৎনবা কনবা হেনগৎলক্লি। অরাবগী চৈনা ফংলবা জিউ কয়ানা অমেরিকাদা চৎতুনা হোৎনবদগী অমেরিকাগী কারবারগী লূচিংবা ওইবা ঙমখিব-গুম মৈতৈ মচা কয়ানা হোৎনহনা ভারতকী কারবারদা লূচিংবা ওইরকনি হায়বসি ঐহাক্তি কয়া থাজে। শোক ২০০০ লাম্হোরকপা মতমদা মৈতৈ মচা কারবাররালা থরা ভারতকী থ্বাইদগী শেল পাইবা মীওই ৫০ গী মনুংদা য়াওবা ওয়রবদি মৈতৈ জাতিগী ইজ্জৎ য়াম্না ওইগনি। মৈতৈ মচানা ভারতকী কারবারদা চাওনা শরুক য়াবা ঙমজনবা মণিপুর সরকারনা, মথক্তা পনখিবা থৌরাং থরা অসি লৌখৎপা দরকার ওই।

# মণিপুরনা স্পোর্টসতগী পৈশা তান্না যাই

হৌজিক্কী পৃথিবীদা স্পোর্টস অসি কারবারগুম্না শেল তানবা যাবা থবক অমা ওইনা লৌনরে। ওলিম্পিক গেমস শিনবদা লুপা কোটি চা কয়া চংলবস্থু গেমসকী ইভেন্টশিং অদু তেলিকাষ্ট তৌবা অমদি ফিল্ম নম্বগী কনট্রেক্ট পিথোকপা, অমেংবা মীওইশিংদা টি-কেৎ য়োনবা, ষ্টেদিয়মশিংদা এদভরটাইজমেন্ট তৌবগী কম্পনি-শিংদা থিকা পিবা অসিনচিংবা কয়াদগী ইনকম য়াম্না লাক্লনা ওলিম্পিক গেমস শিন্নিবা কাংবুদা শেন্দোং পিবা ঙমলে। অমে-রিকাদা পাংথোকখিবা লোজ এনজিলেস গেমস্তা লুপা কোটি ১০০গী মথক্তা শেন্দোং লৈখিবগী যাগ্রি লৈরে।

পৃথিবীদা মমিং লৈবা টেনিস টুর্নামেন্টশিং মরুওইনা অষ্ট্রে-লিয়ান ওপন, ফ্রেঞ্চ ওপন, ৱিমব্লেদন, ইউঃ এসঃ ওপন্নচিংবা শিন-বদা শিন্নিবশিংনা শেন্দোং যাম্না ফংবা ঙমই। ফুটবোলদস্থু ৱার্ল্ড কপ, ইউরোপিয়ান কপনচিংবা শিনবদা পৈশা যাম্না লোংলে। ক্রিকেত্তস্থু মরুওইনা ৱানদে মেটচশিং শিনবদা শিন্নিবা কাংবুশিংনা শেন্দোং যাম্না ফংবা ঙমলে। পৃথিবীগী ফুটবোল, ক্রিকেৎ অমদি টেনিসকী অকাওবা শাম্নরোইশিংগী মরক্তা লাখপটি অমদি করোর-পটি কয়া যাওনরে। মখোয়না পায়রিবা শেলশিং অসি মখোয়না শান্নবদগী ফংবনি। টেনিসকী অকাওবা শাম্নরোই ইভান লেন্দলগী মরল পুম্না হৌজিক লুপা করোর ৩০ য়োম ওইগনি হায়না পানরি। মহাক্না টুর্নামেন্ট কয়াদা যাওখিবা অমস্থুং চেম্পিওন ওইখিবদগী

ফংখিবা শেল অমদি কম্পনি কয়াগী পোখোকশিং এন্দোর্জ তৌবদা ফংখিবা শেলশিং তুংশিনবদগী মহাক্কী মরল লুপা কোটি ৩০ রোম য়োরকপনি। খিদেনগী ষ্টেফান এদবর্গ, জর্মনিগী বোরিস বেকর, জুমেরিকাগী অন্দ্রে এগাসি, জোন্ মেকেনরো, মাইকেল চ্যাং, জিম কুরিয়রনচিংবা পৃথিবীগী টেনিসকী অথোইবা শান্নরোইশিং অসি করোরপটি ওাক্তনি। মথোয়না পাংথবিবা শেলশিং অসি টেনিস শান্নবা অমদি কম্পনিশিংগী পোংথোকশিং এন্দোর্জ তৌবদগী ফংলকপা শেল ওাক্তনি। পৃথিবীগী অথোইবা নুপী টেনিস শান্ন-রোইশিং মোনিকা সেলিস, জেনিফর কেপ্রিয়াটি, ষ্টেফি গ্রাফ অমদি সবাতিনি করোরপটি ওাক্তনি।

ভারতকী টেনিসকী শান্নরোই বিজয় অমৃতরাজ লুপা করোর অহুমগী মথক্তা টেনিসতগী তানগ্রবনি। ভারতকী টেনিস শান্ন-রোই রমেশ কৃষ্নান টেনিসতকী লুপা লাক্ক কয়া তানখ্রে। পৃথিবীদা মমিং লৈবা টেনিস টুর্নামেন্তশিং শিনবদা শেন্দোং য়ান্না লৈবা ওমলিবসি কম্যুনিকেসন সেতিলাইতশিংগী মতেং লৌদুনা পৃথিবীগী লৈবাক কয়াদা টেলিভিজনদা টুর্নামেন্তশিং অসি উৎপদগীনি। টুর্না-মেন্তশিং অসি মথোয়গী টেলিভিজনদা উৎপা পায়া লৈবাকশিংনা শিন্নিবা কাংবুদা পৈশা য়ান্না পি। ফুটবোল অমদি ক্রিকেৎকী মতাংদসু অহুমওাই। বাল্ড কপ নত্রগা অতৈ পৃথিবীদা মমিং লৈবা টুর্নামেন্ত কয়া কম্যুনিকেসন সেতিলাইতকী মতেংনা পৃথি-বীগী লৈবাক কয়াগী তেলিভিজনদা উৎপদগী শিন্নিবশিংনা শেল ফংবা য়ান্না হেনকৎলে।

ফুটবোলদা ফাওখিবা ব্রাজিলগী পেলে ফুটবোল শান্নবদগী লুপা করোর কয়া ফংগ্রবনি। অরজেন্তিনাগী মরাদোনা পৃথিবীদা খ্বাইদগী শেল ফংবা ফুটবোল প্লেয়ারনি। মহাক্কী মরল অসি লুপা করোর ৯০ রোমনি হায়না পানরি। মণিপুরদা খ্বাইদগী শেল

পায়রে হায়রিবা মীওইদগী নরাদোনানা শরুক যাম্না হেম্না শেল পাই। পৃথিবী,গী লৈবাক কয়াদা লৈরিবা অক্ষবা ফুটবোল শাম্ন-রোই চা কয়াদি ফুটবোল শান্নবদগী শেল পায়রবনি। ভারত্তা লৈবা ফুটবোলগী শান্নরোই কয়াম্না লাক্ষপটি ওইবা যাওনরে। খুদম ওইনা কলকত্তাগী মোহোন বাগান, ইষ্ট বেঙ্গলনচিংবা ক্লব-শিংদা যাওরিবা শাম্নরোই অয়াম্বা চহি অমদা লুপা লাক্ষ ৪ রোম কংই। ক্রিকেৎকী জগৎতম্ন শান্নরোই কয়া পৈশা পাইনরে। ভারত্ত মচা ক্রিকেৎ শাম্নরোই শেল পাইবশিংগী মধ্যংদা সুনিল গবাস্কার, কপিল দেব, সচিন তেন্দুলকারনচিংবা পনবা য়াই।

মরুভূমি ময়াইদা লৈবা সারজাহ সহরদা ক্রিকেৎ টুর্নামেন্ত শিন্দুনা পৈশা তানবগুম্না ইম্ফাল সহরদা অচৌবা ষ্টেদিয়ম থরা লৈরবদি ইম্ফালদা ফুটবোল অমদি ক্রিকেৎকী ইন্তরনেসনেল টুর্না-মেন্তশিং শিন্দুনা মণিপুরনা চহি খুদিংগী লুপা লাক্ষ কয়া তানবা ঙমগনি।

তশেংনা হায়রবদি হৌজিক্কী মতমদা শান্না খোৎনবা হাযবসি শেল ভান্নবগী লম্বী অমা ওইরবনি। ফিভমশিং অসিদা মণিপুরনা স্পোর্টস হাযবা অসি পৈশা হন্দোকনবগী লম্বী ওইহনবগী মহত্তা শেন্দোং লৈবা কারবার অমা ওইহন্নবগী মাইকৈদা প্লান তৌবা তাবনি। ইম্ফাল অসি পৃথিবীদা মমিং লৈবা স্পোর্টসকী সহর অমা ওইনা প্লান তৌহনা মণিপুরনা স্পোর্টসতগী ইনকম চাওনা খংবা ঙম্নবদি ঐখোয়গী ইজ্জং ওইগনি।